সটেলদুদা

অইবী : কোন্দ্রাইলাৎপম জয়মতি

ফোংজবা : রিমীতা অরিবম, তিলকরাজ অরিবম
নাগামপাল কাংজাবী লৈরক, ইম্ফাল

ফোংবা : সেপ্তেম্বর, ২০০৬ ইং

কোপী মশিং : ১০০০ (লিশিং অমা)

কম্প্যুট্টর সেত্তিং : সাপম হেরোজিৎ

কোভর ডিজাইন : প্রেমানন্দ রোই

মমল : লুপা ৯৫/-

লাইরিক ফংফম : অইবীগী য়ুম, নাগামপাল কাংজাবী লৈবক, ইম্ফাল
এমঃ কুমাব ওফসেট প্রেস, পাউনা বাজাব ইম্ফাল

---

নম্ফম : এমঃ কুমার ওফসেট প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল

## ৱাহৈ অমা অনিদং



কে. জয়মতিনা ছাপা লাইরিক ওইনা ফোঙগদৌরিবা 'ঈচেলদুদা' খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা পাবগী খুদোং চাবা ফংজহৌই। লাইরিকসিগী মনুংদা য়াউরিবা তেন্তকপা ড্রামা অহুম্মক নুংশিবনা য়ুম্ফম ওইরগা চরিত্র কযা থৱায় পালহল্লি। পারুবদা ইশানা ইশাবু কাউজদুনা জয়মতিগী চরিত্র ময়ামশিগী মনুংদা থৱায় পাল্লিবা চরিত্রশিংদু ইশানি খন্দুনা যাওশিনখিবা অদুম্মক য়াওই। মসিমক্না অইবীগী কল্পনাগী শক্তম কয়া মপুং ফাববনি হায়না হায়জনিংই।

জয়মতিগী 'ঈচেলদুদা' হায়না মিংথোঞ্জবা ড্রামা ছাপা লাইরিকসিমক নুংশিবগী চাউরবা শান্তিগী পাউজেলনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। নুংশিবনা যেক্নববু মায়থিবা পীবা ঙমই, নুংশিবনা অশাউবা পুম্নমক ফাথবা ঙমই, নুংশিবনা পুম্নমক চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নরবনি, নুংশিবা লৈরমদ্রবা কৌরমলোই মান্নবা জাতি।

কে. জয়মতি, হোৎনবা কনবী পাঙথোক্লিংবা থবক্তা হনবা লৈতবী, সাহিত্যগী পুক্কৈদা খোংদাফম কনখ্রবী ইরমদমসিগী অইবী নুপীলক্তগী নৌনা মচিন তুমখৎলক্লিবী অইবী অমনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোক্লোই। মাংবা তোংবদি মতম্না পুরক্কদবা লাইবক্কী খুদোলনি, হোৎনবদি তোকপা য়াদে। থৌনা লৈনা অখাং কনবগা লোয়ননা থাংজিল্লিবা খোঙথাং অসিদগী মাই লৈবা তৌদনা চংশিনগদবনি হায়বা ৱাফমসি কে. জয়মতিগী মফমদা ঐনা পীজগদবা ৱাহৈগী খুদোলনি। মতুংদসু খুৎই লাইরিক কয়া ছাপা লাইবিক ওইনা পুথোকপা ঙম্বা ওইসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা হন্ন-হন্না প্রথনা তৌজরি।

তাং ৩০/৮/২০০৬

বি. জুগোলচন্দ্রা শর্ম্মা
লাইফ মেম্বর, মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

# পাবীরিবশিংদা নোল্লুকচবগা লোয়ননা ৱাহৈ খরদং



লুচিংবগী লুচিংবা ঙাক্তনা, অঙন্বগী অঙন্বা ঙাক্তা পাওথোঙফম্না মীয়ামগী তৌথোরকপনা ইরন্নায়গী থৌদোক খুদিং অৱাংপা লৈতে, অনৌবা অমত্তং লাকপদা মিতৌ তন্বদা হালেংবা লৈতে ইরমদম, লেপ্পা লৈতে মীকুপ মীরাও খোঞ্জেল, কাংলুপ নাইবগী অপীকপা ৱাখল, মীনুংশি খংদবগী খুন্নায়, মীহাৎপনা অচুম্বা, শক্তি পায়বনা খুৎলিংবা, উপায় লৈতবনা অরানবা, হাৎপনা হাল্লগা ৱায়েল বিচারনা কোন্না চৎথরবা, ৱাক্কৎফম লৈত্রবা ইরমদমসিদা ঐসু পোকলুরি মী মানবা মীরকসিদা মী ওই করি ওই। থম্মোয়নদি পাম্মী পুক্নিংগী শন্তি ফংবদি লৈতে মৈ হৌনা শারবা অবাও কনবনা লুচিংবা ইবমদমগী লৈমায়সিদা।

পুক্নিংগী শান্তি ফংনবগীদমক শান্তিগী পাউজেল অমত্তং পীনিংলুরি। তঙ তাদ্রবা পুন্সি কয়ানা মীকুপ অমত্তং ওইনা পোত্থাবা ফংনবা পুন্সিগী অৱা চৈথেংতা ফংদুনা লাক্লবা, চোকথরবা আশাগী পামেল কয়াবু পুন্সিগী ঈরিক অমত্তং খিকচরগা, অৱা অনা পুম্নমক কাউথোকলগা মীকুপ অমত্তং অনৌবা ময়োল চোংহনবা ঙমজগদরা খঞ্জবদগী এঃ আইঃ আবঃ ইম্ফালনা বারোগী ড্রামা ওইনা ব্রোৎ কাষ্ট তৌবীখ্রবা 'ঈচেলদুদা' অমদি অতোপ্পা পুং ১ গী তেন্তকপা ড্রামা খুৎই অনিগা পুনশিল্লগা 'ঈচেলদুদা' হায়না মিংথোঞ্জদুনা অনিশুবা ছপা লাইবিক ওইনা ফোংদোকচদুনা সাহিত্যকারশিংগী মফমদা কচ্চরি।

তশেংনা মশিমক্না মফজরে খন্দুনা পুথোকচবদি নৎচদে। পুক্নিংগী ইথিলদগী থোরকপা নুংশিবনা যুম্ফম ওইবা কনাগী পুন্সিগা মরী লৈনবা ড্রামা খুৎই নৎচদে, পুক্নিংগী অৱা মৈচাক খবদং কোকপা ঙম্নবা ইজবা ড্রামা খুৎইনি।

সাহিত্যগী লমদা হেন্না খঙ হৈরবা সাহিত্যকার খুদিংমক্না অমুক্তং মীৎযেঙ তাবিরবা অশোয় অরান খুদিংমক তাকপীয়ু, মথং খুৎনমদা শেমদোকচনবা পাউতাক পীবিয়ু। পুম্নমক্কী থৌজাল ফংজববা ঐগী হোৎনজমলগী মহৈ ফংজরে হায়না লৌজগনি।

লাইরিকসিংগী মনুংদা যাউবিবা ড্রামা মচাশিংবু কনাগুম্বা সংস্থান নৎত্রগা ফিল্ম তৌবীরিবশিংনা লিলা, ড্রামা, ফিল্ম ওইনা পুথোকপীনিংবা য়াওরবদি অইবদগী হান্না অয়াবা লৌবীয়ু। ফংফম থোকপা হক পুম্নমক অইবিগীনি।


অইবী

কে. জয়মতি

নাগামপাল কাংজাবী লৈবক, ইম্ফাল

ফোন নং ঃ ২৪১০৬০২

মোবাইল নং ঃ ৯৪৩৬০৩৭৮০৭

# কুচ্চবা

লাংচবা নত্তনা থম্মোয়নুংদা

পেলহৌদে শোঞ্জবা নত্তনা নীঙমদনা।।

নচা ঐবু নাওকোল্লকপদা

অব্রা কোঙ্গায় মায়য়োক্লখ্রবা।।

শজীক মতুং ইন, থবা মমৈ ব্রায়খ্রবা

ইপা ইবুংঙো নীত্যাই শর্ম্মা

ইমা ইবেম্মা ইবেমহল দেবী।।

লাইওইখ্রবা ইমা পাবুং অনিগী মফমদা

কৎচরি নচাগী অনিশুবা খুদোল "ঈচেলদুদা"

মিংথোঞ্জবা লাইরিকসে।।

খোমজন তাসন পংলবা নচানা

হৈত-হৈত লেংজবা লৈরাং পরেংশুম।।

সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈশাৎ তমহল্লীয়ু

থৌজাল্লীয়ুকো নচাবু, ইমা পাবুং অনিনা।।

তোল্লবা মচা

কোন্দ্রাইলাৎপম জয়মতি

অহানবা ফোঙবা

লৈরাং লৈচন

তাং ৩১/১০/২০০৪

শক্তম/খোঞ্জেল

নুপা

বিরজিৎ - ৩৫

রঞ্জিৎ - ৩৬

নুপী

জসমীন - ২৮

গীতা - ২৮

রত্না - ৩০

সখি - ৬০

সনাতোম্বী - ৫৫

হোমীলা - ৩০

# ঈচেলদুদা

## অহানবা মতাং

(চীংগী বাজার নুমীৎনি মী মযাম পোৎ লৈনবগী লাংবা মখোল, বিবজীৎ অমদি রঞ্জিৎ ময়ামগী মতৌ য়েংঙগা লৈ)

ববজিৎ : আ ... দগী ... নুপী অনিসি উব্রা ভায় ?

বঞ্জিৎ : (করিমতা খন্দনা) কৈদৌরগে ...

ববজিৎ : হুম ... কৈসু তৌদে।

বঞ্জিৎ : কবিগীনো নঙনা অদুক মুন্না য়েংইদুবু ?

ববজিৎ : মৈতৈ য়াম মাল্লিনে, মান্নীদা।

বঞ্জিৎ : ওইরম্মোযদা ... সিদবু কদাযদৈ ... ।

বিবজিৎ : মখোয়সু ঐখোযদৌনা পোস্টিং তাবা ওইরম্মদি।

বঞ্জিৎ : ওইবম্মগা ওইবম্মেদনা ।

বজিৎ : রঞ্জিৎ ... খবা চংসিল্লগা অমুক্তা য়েংঙুসিবা। (লাংতক্লনা)

বঞ্জিৎ : অস ... কৈদৌগে হায়রিনো।

বিবজিৎ : লাক্ত লাওবা (চীংবা)

বঞ্জিৎ : বিরজিৎ নঙসিসু পুরা বেরানিহে অসে, লৈশাবীনী, লৈশাবীসে য়েংঙগা কৈদৌগে হায়রিনো ? (পোজ)

জসমীন : গীতা খাওসে লুম্বনা লোয়রে, কৈগীনো ইবান্নীনা অসুক য়াম লৈশিল্লুরিসিবো।

গীতা : ঙসিদি পুবা ঙমদদনা, মী নেকঅগা পুহনব্রা খংদেকো।

জসমীন : কদায়দগী মীনো, নেকতোয়বো।

গীতা : কনানা খংনী, থেংনবা অমা হেক্তা ফা তারেদনা।

জসমীন : গীতা ... আদগী নুপা অনিসে ইবান্নীদা মুন্না য়েংইসি য়েংঙু।

গীতা : ও, লৈরেদনা ফানবা।

জসমীন : হীংচাবী, ঐখোয়না ঙাংনবদো তারব্রা খঙদেমী।

গীতা : খাওসি, পুবীয়ু হেক্তা হায়রসিরো ?

জসমীন : (পাখৎনা) হে, হায়গুমসি ইকায়জদ্রো। (পোজ)

বিরজীৎ : মৈতৈনী ভায় ... অমুক্তা কৌনে।

রঞ্জিৎ : এহ্! খংনবসু নত্তনা কমহায়না কৌদোয়বা।

বিরজীৎ : চৎখ্রে ভায়, অমুক্তা কৌ হায়রগা (পাখৎনা)

রঞ্জিৎ : হৈমা নঙসিদী অঙকপনিহে, লায়না য়াম হেঞ্জনলম্মজাৎনিনে, আ ... কবিগুম্বা অমত্তা হংজগেবা।

গীতা : করি ওইবিববনো'?

রঞ্জিৎ : ব্রারৌবীবদি য়াদে হান্না লৈবীরম্বসু মাল্লী, ঐখোয়দী মফমসিদা লাকচবা নুমীৎ নীনী হুন্নীখক্তা ঙাযজরী, মফমসিগী বাজাব নুমীৎসিবু'?

গীতা : ও ... ও ... নিংথৌকাবা, অতৈ নুমীত্তনা দুকান মচা মচাবুদি হাংই, পোৎ-চৈ অয়াম্বা সুনা ফংবদি নিংথৌকাবা খক্তনি।

রঞ্জিৎ : ব্রারৌবিনুকো ... খংনিংদনা তৌজবনি।

গীতা : কেসু কায়দেদা ...।

রঞ্জিৎ : সিদা কৈদৌবা লৈরীনো।

গীতা : ডী. সী. ওফিসতা থবক তৌজবনি।

বিরজিৎ : ও, ও ... ঐখোয়না মেডিকেল ডিপার্টমেন্টতা থবক তৌবনি।

রঞ্জিৎ : ঐগী মীংনা রঞ্জিৎ অদুগা ঐগী মরুপসিগীনা বিরজিৎ, শক খংনসি।

জসমীন ঃ (শোঞ্জবা) বিরজিৎ ...।

গীতা ঃ ও ... ও ... ঐগীনা গীতা অদুগা ইমান্নবীসিগীনা জসমীন।

বিরজিৎ ঃ (শোঞ্জবা) জসমীন ...।

রঞ্জিৎ ঃ অদু শকসু খংনরবনিনা ঐখোয় থীনজরম্মগে খাওদো য়াম লুম্নসু উই, সিদা পীবীরকউ ঐ পায়জগে ।

জসমীন ঃ (খীত্তং নোকই) য়ানীদা ... ঙসিদী খরা য়াম্নসু লৈসিল্লুরে পানগুম্বা, মাইরেনগুম্বা ঙাক্তা ...।

বিরজিৎ ঃ সিদা লৈবীবা কয়াম কুইরগে।

গীতা ঃ চহি অমা খরা হেল্লকএ।

বিরজিৎ ঃ জসমীনদি ব্রা কয়া ঙাংগনবা মান্দে।

জসমীন ঃ হুং অদুম ঙাংগনজাৎনী।

গীতা ঃ শক খংনরবনীনা হয়েংখৈদী কৌনা তারে, অদু চহিদী কয়া সুবীরগে?

বিরজিৎ ঃ (লেম্না খীত্তং নোকলগা) চহিদী কুনমঙাদগী মশীং থাবা অদুম লেপখ্রে ...। (ময়াম পুল্লপ নোকই)

গীতা ঃ তামো ... ঐখোয় ক্বাত্তর য়ৌরে খাওদো পীবিরম্মো।

রঞ্জিৎ ঃ অদুদী চংহৌরোনে ...। (গীতা জসমীন চংখি) কৈনো অমুক লেপফৌরিদুনা চংঙুখিসি হায়ব্রো।

।বরজিৎ ঃ (খংই) হা ...।

... মিউজিক ...

### অনিশুবা মতাং

(বিরজিৎ তুম্বা হৌগৎত্রী রঞ্জিৎ চংঙকই)

ঃ বিরজিৎ ... বিরজিৎ ... কৈদৌরে হৌজিকফাও হৌগৎলমদ্রিসিনা এহ! চাগসি লোয়না ইংঙেনহে, ঐদি চাক থোংবসু লোয়রে, কৈনো ওফিসকা অমত্তা কাররোইদ্রো?

বিরজিৎ ঃ (তপ্না) কাররোয়।

রঞ্জিৎ ঃ কৈদৌরবা, নশা ঙমদ্রবো?

বিরজিৎ ঃ কৈসু তৌদে, খঙদে ভায় ইশাশে লৈতাফম অমা খংদবদৌনা তৌই, খনখিবা অমদগী হোংদোকপা সুকঙম ঙমদে।

রঞ্জিৎ ঃ হায়রিসিবো করি খল্লীনো ?

বিরজিৎ ঃ তুম্বসু য়াদে, চাবসু য়াদে।

রঞ্জিৎ ঃ হোয়নে ঙরাং নুমিদাংসু কোন্না চাগে হায়হৌরগা অদুম চাদ্রমাল্লে.. নত্তে নঙবু কৈদৌরগে হায়বনি, নহান য়ুম চৎলুবদুদা রত্নাগা শাউনরকঅব্রো ? নঙসু খরদি হেনমল্লবা, সুংচৎ হেক্তা চৎতবা ঙম্মীনে।

বিবজিৎ ঃ শাউনরক্কেদা ... নহান চৎলুবদুসু ঐদি চৎনীংদবনি ঐখোয় ককাগী মচা নুপী অমখক্তা পোকচবদুগী লুহোংইদু, চৎত্রদী ককানা য়াম ব্রাবৌখি তারে'না চৎলুবৈ ব্রানি।

রঞ্জিৎ ঃ ঐ কৈনোমতা হংগেনে, রত্নাগা নবান্নীসি মোত কয়া তীন্নবা মান্দে অদু করিগীনো? ইমাগদী যাম্না চান্নবা মাল্লী।

বিরজিৎ ঃ নঙনা মানবৈব্রানী ... হোয় ইমানবুদী য়াম পামজনা লৌজবনি।

রঞ্জিৎ ঃ নঙসুনে খবা তোয়না চৎপদী ফবনি, ইমাগীসু নথন্তনীঅবা।

বিবজিৎ ঃ তোকঅসিদা ভায় ... মসি ব্রাসি খল্লুবদা মথা যাম শায় ... বঞ্জিৎ ঐ ... নঙোন্দা ব্রা অমখক্তা হাযগে খল্লম্বা ...।

রঞ্জিৎ ঃ করি ব্রানো?

বিরজিৎ ঃ ঐ, নঙোন্দা হেক্তা হায়দোকপনা ফরদ্রা খংদে।

রঞ্জিৎ ঃ করি ব্রানো ? নঙনা অদুক য়াম লুনা খল্লীদুবু, হেক্তা হাইয়ু কৈদৌরগে নঙ ঐ লুনা তীন্নবা মরুপ্নী, নঙনা চীংনরিবা করিগীনো কয়াম লুবজাৎনো?

বিরজিৎ ঃ য়াম লুবজাৎনি।

রঞ্জিৎ ঃ লুরবসু লাইরবসু ঐনা ঙমগদবা ওইরদি নতেং পাংবা তারেদনা। ইমান্নবা ওইরবু, ইথক থোংবা ওফিসারনা হায়বা ইনবা হায়বসি ঐখোয়গী ইথৌ নৎত্রনে?

বিরজিৎ ঃ অদুমাইনা হায়নুবা ... (শ্বর শাংনা হোল্লী) রঞ্জিৎ নহান বাজার নুমীৎতা থেংনখিবা লৈশাবী অনিদো ...।

রঞ্জিৎ ঃ মখোয়দো কৈদৌরবা ?

বিরজিৎ ঃ খঙদে, ভায় ঐ তৌফম খংদ্রে।

রঞ্জিৎ ঃ অস... অদুগী ওইরদি খল্লুরনু কান্নদে (নোকপা) হৌজীকপু কৈদৌগে হায়রিনো অঙাউবা য়াম মাল্লীকো।

বিরজিৎ ঃ ঐ পুরা ঙাউরে ভায় ...।

রঞ্জিৎ ঃ নঙ পাখঙসু নত্তে, মীগী মচা লৈশাবীদু নঙনা পাখং শারগা অমুক কৈদৌদোয়নোবা ... ঐখোয়দৌনা লীজরসু নুপী অঙাং থীদনা পংলে লৈবসু নত্তে।

বিরজিৎ ঃ ঐ নঙগী পুন্সিবু তশেংনা কল্লকই, ঐগী হৌখ্রবা পুন্সিবু নীংশিংলুবদা য়াম পেন্দে ভায় ...।

রঞ্জিৎ ঃ করিগী পেন্দ্রীবা ... অমুক্তা হায়যুনে নঙনা ডাক্তর তম্বা লোয়দ্রিঙৈদা ইমানা থব্রায়না পামজবা মমৌ অমা লুহোংবীরে, সিদা অমুক কৈদৌরবা?

বিরজিৎ ঃ অদুবুনী ঐনা পেন্দ্রীবসি, ঐ য়ুম পাল্লে অদুবু লুহোংখিবা নুমীৎতুদগী ঙসিফাওবা ঐগী ব্রাখলদি পোথাফম খংদ্রি নীংশিংলুরগা হেন্না হেন্না নীংঙম্মক্তে। লুহোংবদুসু ঐদি তশেংনা য়াখিদবনি। ঐ ছুতি থোরকঅরোয় হায়না ইমাদা চীঠি ইখি অদুবু ইমানা থোরক্তবা য়াদে হায়না কন্না হায়রকপদগী ঐ থোরকখি।

(ফ্রেস বেক)

বিরজিৎ ঃ হায়রিসিবো কৈনো ইমা ... ঐ সুকঙম ঙম্মোয় হায়রিসিনী।

সখি ঃ নঙ থাখায়মুক্কী মমাংদা ছুতি থোরকঅনি হায়দনা হায়রম্মী

অদুগা নঙদী থোরক্লে, খরা হান্না থোরকঅন্মদী ইমা ইচা সেগা-মাইগা খন্নরম্বা য়াবনি। নঙ লাকঅগা হায়রগে খন্দুনা ইমানা হায়রক্তবগী ৱানী।

বিরজিৎ : ঐ লোয়গদবসু চহি অনীমুক ৱাংলী হোংবা তারসু ভাব তানা তম্বা লোয়রগা ইমানা অপাম্বা নুপী অদুম থীরগা লোয়রে, করিগীনো অসুক ঙায়ঙমদ্রীসিবো?

সখি : হন্দক্কী মতাংসিদা নৎত্রগদী নঙগী অফবা নুমীৎতী চহি মরি মঙাগী মতুংদা লৈ হায়দনা পাঞ্জিনা হায় অদুননী...।

বিরজিৎ : য়ুম পানববু ফাগীরা তরায় তরায় খম্বা চুম্লনে ইমা।

সখি : মপা মমানবু মচাগী ফত্তনবা শিনবা হৌনব্রো ... ইমানা শিল্লীবসি ইচাগী ফন্নবা হোৎনরিনী।

রিবজিৎ : করিগুম্বা ঐনা থোরকঅমদ্রদী, ইমাবু কদায়দগী বড়নো লৌরুদোয়বু?

সখি : অদুনবু শোয়দনবা হায়দনা প্লেন টিকেৎ ফাওবা ককঅগা থারকইদুনী।

বিরজিৎ : হোংঙবোয় হায়দননে ফজনা হায়দোকখিবনা ফনীকো ইমা।

সখি : হন্দক্কী মতাংসিদা ইমাবু হিংহনগে, শিহনগে হায়বদো নঙোন্দা লৈববনি। ইমাগী ইবুংঙো আ ... নফী নবোলগদো হোংদোকও ইমা নঙগী ইরুজনবা ঈশীং থম্বীবম্মগে (থোকখি)

বিরজিৎ : (মথা শানা) করিনো ঐনা তৌরিসিবো মঙলো তাইবংলো...।

(ফ্লোস বেক লোয়বা ৱারিদা হনজীল্লকপা)

বিরজিৎ : ঐ থোরকপা নুমীৎ হুম্লীসুবদা ঐগী হৈজিংপোৎ পুখি, তশেংনা ঐ ঙকই। ইমাগী ৱাখলদো করিনো হায়বা খনফম খংদে, লৈতাফম খংদ্রবা ৱাখলনা তুম্মীন্না য়ুম থাদোকঅসিরা হায়বা ফাওবা খনখি, অদুবু লুহোংগদৌরিবা নুপী অদুগী খল্লগা ঐ লুহোংবদু য়াখিবনী পুন্সিসিদা নুংশিবা মশক খংলক্ত্রী অদু ...

ভায় ঐ জসমীনবু উরুবদগী নুংশিবা মশক খঙবা মী হায়বদো ঙসিদী ওইরে।

রঞ্জিৎ : ঙায়খো, নঙ সেনাপতীদা পোস্টেং লাকপদা জসমীনবু থেংনরুবদগী ঙাউরেনে, মথংদা অতোপ্পা মফম অমদা অমমমুক থেংনরকঅদী কমায় তৌবা ...।

বৈরজিৎ : ঐ চীংগী ডিস্ট্রিক অয়াম্বা লৈরুরে, অদু কনামতা থেংনরক্কেদা।

রঞ্জিৎ : অস ...।

বৈরজিৎ : লুহোংবা মতুং নুমীৎ খরনীগী মতুংদা ঐ মখা তমথবা চৎলে, তম্বা লোয়দ্রিফাও য়ুমদা সুকহন হল্লক্রে, লাইবক ফবা হায়গদ্রা তম্বা হেক লোয়বগা থবকসু ফংখি, ঐনা ইম্ফালদা লৈতনবা তুম্মীন্না ব্রানোমখি অদুনা ঙসিফাওবা চীংদা অদুম্মক লৈরকইবনি।

রঞ্জিৎ : ভায় নঙগী ব্রাখলসিবু করিনো? নঙ রত্নাবু করিমতা নিংশিংদ্রব্রা?

বৈরজিৎ : মাগীবুদী মরাল থোইনা লৈতে ... ঐনা ব্রারৌরিবদি ঐগী ইমানী ... খল্লু খল্লুরগা ঐ য়াম নীঙমলক্কে।

রঞ্জিৎ : তৌববুদি ইমাসু নঙগী মত অমতং লৌবীবদি ফবনি অদুবু হৌখ্রবদি হৌখ্রেদনা, ঐখোয়সু নুপামচানী লাইবক য়েংবা তারেদনা।

বরজিৎ : লমহেল্লবা থম্মোয়সিনা করিগী মাবু নুংশিরুরিবা ... মাবু উখিবা নুমিৎতুদগী ঐগী থম্মোয়দা মৈশা অমা ফংখি, পুন্সিসিদা কোকপা ঙমগনি হায়বা, ঐ থাজবা ঙমদে।

রঞ্জিৎ : নঙগী ব্রারী মানা খংলকঅদী কমদৌবা?

বিরজিৎ : খংলকপা নুমিৎতা, ঐগী অশেংবা ব্রারী পুম্বা মাগী মফমদা অমত্তা চীৎথদনা হায়গনি অদুগা ঐগী ইরান ঙাকপীয়ুসু হায়গনি। পুন্নমক ঐনা মাবু নুংশিরুবননী ভায় ... সিবু ঐগী ইরাল ওইগদ্রনে ... ?

রঞ্জিৎ : হৈমা ... ঐদি ফাগীরা হায়ববু পুরা হেঞ্জল্লম্মা জাৎনিনে ... অদু য়াম লুরিবদী নুপীমচাদু ... মাগী খংনজবগা লৈরম্মদী নঙনা অমুক হায়জেক তৌ তারেনে?

বিরজিৎ : করিগুম্বা লৈরম্বা তারগনা পুন্সিসি অদুম মৈচাক খাঙবা তারেদনা।

রঞ্জিৎ : ঙাইখো কৈনোমদী হায়বীগে নুপী অনিশুবসি মথা য়াম শায় হায়নবনীকো।

বিরজিৎ : শাদনবা ঐনা হোৎনা তারেদনা।

রঞ্জিৎ : অস ... লাইরিক ফবা মীশিংসে কোক বেরা লৈ হায়নবসি অদুম চুমজাৎনিকো।

বিরজিৎ : হোয়নে ... হোযনে ... নঙনা হায়নীংবদা হায়রোনে।

রঞ্জিৎ : অদু হৌগৎলো ... ওফিস ঙহাক্তং চৎলুরসি ...।

বিরজিৎ : ঙসিদী ঐ চৎলরোয়।

বঞ্জিৎ : পেশেন্ট লাকঅদী কম্মায তৌদোয়নো ?

বিবজিৎ : লাকঅগনা নঙনা খরা য়েংবিখ্রো?

রঞ্জিৎ : কৈনো মসিনা ঙাংইসিনা।

বিরজিৎ : কয়াম লুবা অনাববু লাকতোইনো নঙোন্দসু মখোয়না ডাক্তব, ডাক্তর কৌরিদুদী।

রঞ্জিৎ : (কন্না নোকই) লোয়রেহে ... অদুদী নঙগী চৌক্রীদুদগা ফম্মগা পুরা ডাক্তর শাবা তারবা?

বিরজিৎ : হোয়নে হোয়নে ।

রঞ্জিৎ : আ ... বি. পি. য়েংনবা খুৎলায়দুগা নঙগী মীহুন য়েংনবদুগা খরা পুখিগে। ঙসি ঐ গীতা উন্নরকঅগে, অদুবুনে নঙসু অঙাউবগী ডাক্তর অমগা অমুক্তং মুন্না তান্নহৌবদী ফৈকো। অদো, ওফিস চৎলরোয় হায়রসু চাক ফাওদি চাম্মীন্নরুসি লাকওদনা।

... মিউজিক ...

## অহুমশুবা মঙাং

(লম্বীগী সীন, রঞ্জিৎ গীতাগা ৱারী শান্নরগা চৎলি)

রঞ্জিৎ : অশেংবনী গীতা, হন্দক্কী মতাংসি নঙনা খরা মতেং পাংবীদ্রদী ঐ য়াম ৱারনী, মাগী মওংসি খরা হেঞ্জলকঅদি ঙাউদনগা চৎখিদবা মানসিল্লকএ।

গীতা : তামো, হায়ববুদী য়াম হায় অদু মানদি অমত্তা য়াদে।

রঞ্জিৎ : নঙ খংহন্দনা লোন্না লৈরজাৎলো?

গীতা : অদুবুদী ঐ খংদবা থবক অমত্তা মা তৌদে, মাগী অনীংবা অমা লৈরমগদ্রদী খংদে, মা ইমুং মনুংগী ভার খরদি পুবনি মৌপ্বা নুপা অমসু মানা লাইরিক তম্বা থারীবনি, মখোয় পাবুংসু মথোং খরা চাদে, মখোয় ইমাসু য়াম নাগল্লী।

রঞ্জিৎ : অদুদী য়াম ফরেনে, বিরজিৎনা অদুম লায়েংজবা য়ারেদনা।

গীতা : (নোকপা) জসমীনগী ৱাগা তাদ্রীঙৈদা ঐখোয়না ৱা হেক লোয়থোকঅগা লোয়বে।

রঞ্জিৎ : খঙদে গীতা নখোয়গা থেংনরুবা নুমীৎতুদগী মাগী মওংসে কৈনোমা ইতৌ তৌই, চাক ঈশীং ফাও ইনথি নুঙাযনা চাদে, নহালদী জসমীনগী ৱারিসে হৌদোকরকই, ফববুদী যাম্না ফৈ, অদুদা জসমীনগী করি মত লৈরমগদগে হাযবৈ ৱাখক্তনী।

গীতা : অদু তামো ঐ খংদোকবকঅগে।

রঞ্জিৎ : গীতা নঙগী মওংসি ঐগী ইচন নুপী অতোনবীদগা ওন্থোকনা মান্নখ্রে।

গীতা : তামো ... (নোকই) য়ুমদী কদায়দগীনো?

রঞ্জিৎ : খুরাইদগী।

গীতা : তামো বিরজিৎসু ... ?

রঞ্জিৎ : উং ... ইবান্নী পীশক পীক্লীঙৈদগী তীন্নবকপনী, হোৎনবসু য়াম কল্লী, পীশক পীক্লীঙৈদগী লাইরিকসু মপান্দা তমলকপনী,

অদুবু মাগী নীংবা অমদি কাইখী, আ ... নখোয়বু কৈদৌঙে লাককে?

গীতা : ঙরাং লাকপনী তামো।

রঞ্জিৎ : জসমীনদী ওফিস কাদ্রব্রা?

গীতা : মাদী মশা নুঙায়তে হায়দুনা লৈহৌরবা।

রঞ্জিৎ : ডাক্তর পুরগা লাকউরো?

গীতা : এহ্ ! কদায়দগী, ঐখোয়গী ইচেম্মা অমা লৈমীন্নরীদো শাথিথ্রজাৎনী মীগা অমত্তা কৌনবগা য়াপোৎ নত্তে, য়াম কন্না ঙমদবা নত্তেদা ...। তামো ঐখোয়গী ক্বার্ত্তর য়ৌরে। (পোজ)

(জসমীন ক্বার্ত্তরগী মাঙ্গোলদা খবর পারগা ফল্লগা লৈরম্মী গীতা হ্রাউনা লাকই)

জসমীন : কৈগীনো গীতা অদুক হ্রাউনা লাকইদুবু?

গীতা : হো ইবেম্মা ... নুংঙায়বা পাউ অমা তম্বীগেবা।

জসমীন : অস ... য়াম নুঙায়রমগদবা মাল্লীকো, তানিংখ্রেদা তম্মুনে কবি পাউনো?

গীতা : নহাল ... নোংমা বজার নুমীৎতা থেংনখিবা নঙনা তোযনা শোঞ্জবদো...।

জসমীন : উন্নরকইরো?

গীতা : তম্মকখিগে তাখোবা ...।

জসমীন : মাবু নঙগা থেংনরকইরো হায়বা (তানীংবনা লাংতক্লুবা)

গীতা : এহ্ ! মা কাইনা হেক্তা হায়কো, ডাক্তর ওইরমাল্লে।

জসমীন : নঙসিদী ইবেম্মা, মীগী অৱাবগা করিমতা খংবিবা জাৎ নত্তেকো, (মথন্তা শোল্লী) মাগী মশক্তো অমুক্তা উনীংঙকখ্রেদা... নুমীৎতুদা মানা শেৎপা ড্রেসতু য়াম পকচৈকো ব্লুগী তী সার্ট অদুগা ব্লুগী জেকেট নৎত্রনে?

গীতা ঃ (কন্না নোকই) হো ইবেম্মা, নঙদী ড্রেসফাও কাউরমদ্রীবোরে। তামো রঞ্জিৎকা ঙসি থেংনরকই ঐনা নঙগী ব্রা হৌদোকসিরা খল্লিঁদা মানদুম নঙগী ব্রারী হৌদোকররকই। হো ইবেম্মা ... অমদো নঙগী ব্রাখলনা ঙাউরা মাল্লে, খরা হায়বীরুচো হায়দনা তামো রঞ্জিৎতো লাকঅম্মীবা।

জসমীন ঃ মখোয়বু কদায়দগীনি হায়গে গীতা ?

গীতা ঃ খুরাইদগী।

জসমীন ঃ খংদে গীতা, পুন্সিসি নুংশিদ্রা (খিত্তং নোকই) পুন্সিসিদা নুংশিবা করিনো হায়বা খংলক্ত্রী অদুবু মাগা হেক থেংনখিবা মীকুপতুদগী ঐগী থম্মোয়সিদা নুংশিবা মশক খংলকপগুম তৌই, গীতা নঙনা হেন্না খংলীদুনি।

গীতা ঃ অদুনা ঐসু ঙকলীবনি।

জসমীন ঃ মাবু উনখিবা নুমীৎতুদগী ঐগী পুক্নীং হকচাং কখোকখিবগী ব্রারী নঙোন্দা লীখিবদুনি। ঐনা মাবু খল্লিবা সুমহায়না মানসু ঐবু খন্বীরমগদ্রনে ?

গীতা ঃ তামো রঞ্জিৎনা ব্রারী শারম্বদুগা হায়রুরদী অমদুনা খম্বনা হেল্লমগদবা মাল্লীবু। নবান্নীসি মতাদী মতা অমনী অমুক্তং উন্নবদুদা অদুক য়াম ঙাউনবিদুবু করিগীনো? তামো বিবজিৎসু পুরা ঙাউবা মাল্লে (নোকই) হো ইবেম্মা নঙসু মী মচাদো পুরা ঙাউহল্লে।

জসমীন ঃ হৈবীরেদা, ঐনা কমহায়না ঙাউহল্লিবা অদুম হায়না হায়নুবা শ্বায় শ্বায় লাওই হাযবগা। অদু গীতা মাগা অমুক্তং উন্নহনবীযু হায়না ঐনা ঈশ্বরদা খুরুমজরিবনি, মানসু ঐবু খনবীরমবসি ঙসিদী ঐসি পোকপৈ মহৈ য়াল্লেকো।

গীতা ঃ নঙসিদি ইবেম্মা ... ঐফাও কিসল্লকএকো। ঐনা ফনবা শিঞ্জরগে। (নোকমীন্নৈ)

মিউজিক

## মরিশুবা মশাং

(জসমীন, গীতা অনীগী ক্বার্তর, মতম - নুমীদাংবাইরম)

জসমীন ঃ (খোইরাংনা) গীতা ওইগদবা মানশিল্লকত্রেদা।

গীতা ঃ ওইনিয়ে, ঙায়খোনে কৈনোমা হায়বীগেবা মানা নঙোন্দা হায়রকপা ব্রাদো ইরাই লাইনদী য়াথোকলুনুকো।

জসমীন ঃ (মবৌ লৈনা) কবিগী?

গীতা ঃ খোইমুশিংসে মশা পানবনে।

জসমীন ঃ (নোকপা) পাইদনবা মশা থুদেকঅগা লোইবেদনা (নোকফেৎ তৌবমবদগী চেঞ্জ তৌবা) হৈমা .. গীতা লাকএমী(পাখৎনা) কমহায তৌনী, মীহুনগা অমত্তা যাওদ্রেমী ... গীতা যেংঙু, ফজদ্রা?

গীতা ঃ (লকনবা) ফজেয়ে ফজেয়ে, নঙগীনী হায়বদা মতীক চাইযে (নোকপা)অদুগনে কৈনোমদী হাযবিগে নুংশিবদা পুক্লীংগী অশেংবা, থম্মোযগী অবেপ্পা মপাউ পুম্বদী তমথোকলুনুকো, থম্মোয মশক খংনবা হান্না হোৎনজৌ নৎত্রবদী কাইনবৈ ইপাক্তা তাজনীকে। (নোকই)

জসমীন ঃ (মথন্তা শোঞ্জে) নোক্কনুমী হিংচাবীসিদী।

বিবজিৎ ঃ (লেম্না) গীতা যাম নুঙাযনা লৈবম্মীকো।

গীতা ঃ জসমীনসে শাউনু'না থেম্মম্বনী, তামো চৌক্রিসিদা ফম্বীযু।

জসমীন ঃ অস লোযবেদনা (ইকাইনা)

গীতা ঃ তামো ব্রাবৌগনবীসে যাম শাউরবনী অমুক্তা থেম্বীবম্মু, ঐ দুকান্দগী অচাপোৎ খরা লৈরুখিগে।

বিরজিৎ ঃ য়ারনীদা লৈরুরনু ব্রারি ওইনা শান্নসি।

গীতা ঃ জসমীনগা শান্নবিরম্মু, কুইবোয় ঙৈহাক্তনী ( নোকমী নোকমী চৎখি)। ঐনা ঙসায হাযবদো কাউজনি। (ঙহাক তুম্মীন তুম্মীন লৈনৈ)

বিরজিৎ ঃ ঙসায়মখৈদি নোকফেৎ নোকফেৎ লৈরম্মগা ইবান্নীদা ঙায়রকান্দা নোঙ্গুরগা লৈরদি শাউবা ফংত্রিবো?

জসমীন ঃ (ইকায়রপ) শাউদেদা।

বিরজিৎ ঃ য়াম্না শাউগন্বা মাল্লীকো।

জসমীন ঃ (থৈদোকঅগা) গীতাসে মী লক্লবা য়াম্না হৈ, হুং য়াম ইকায়জে।

বিরজিৎ ঃ গীতাবু ব্রারৌবিনু মঙোন্দা ঐনা কন্না হায়খিবনি।

জসমীন ঃ উন্নসি হায়বিরকপগী ঙায়জরম্মীনি গীতাদা হায়বা অদুগুম্না ঐঙোন্দসু হেক্তা হায়বিয়ু।

বিরজিৎ ঃ ঐনা অদোমগা উন্নীংবগী মরম খরদি গীতাদগী খংবিরম্মনী খঞ্জে।

জসমীন ঃ অদোম হায়দ্রসু, জসমীন হেক্তা কৌবিয়ু।

বিরজিৎ ঃ ফরেনে ... জসমীন, ঐনা নঙবু উখিবা নুমীৎতুদগী মীকুপসিফাওবদা নঙতবু নুংশি শোঞ্জবদা চোকথরবা ঐগী থম্মোয়সি নঙনা ঙসিসু মায়থীবা অমুক পীগে খনবিরব্রা?

জসমীন ঃ লোয়বীরব্রা?

বিরজিৎ ঃ ঐনা হায়নীংলিবা তম্মীংলিবা পুম্নমকসি তম্বা হায়বদা পুন্সিচুপ্পসিমা কোন্নগদবসু মান্দে, অদুবু মীগী পুক্নীং থম্মোয়বু মশক খংদনা করম্না...।

জসমীন ঃ ব্রাফমদুগীদমক্তা ওইরদি ঐসিবু তামোগীদমক মতীক চারবী অমরনে?

বিবজিৎ ঃ মীকুপসিফাওবদা ঐগী থম্মোয় মশক খংদদুনা ঐবু লক্লবিরিব্রা?

জসমীন ঃ (ঙহাক তুম্মীন লৈ) করিসু লৈত্রবী ঐগীদমক অদুক লুনসু খন্বিরুনুদা ... ঐনা খংজনিংলিবদি, মরৌ লৈত্রবা ফজববা প্রকৃতিগী মতৌগুম মীওইবগী পুক্নীং হকচাংসু মরৌ লৈরমদ্রবদী, হেক উজবা মীকুপসিদা থম্মোয় থম্মোযগী মশক শোয়দনা খঙবা ঙল্লমগনী, লাল্লব্রো?

বিরজিৎ ঃ ব্রাফমদুগীদমক ওইরদি ঐনা ঙসি হায়জরমগে অশেংবা নুংশিবগী মরমচৎকী নুংশিবা মাগীদমক য়াইফনবা খনবদুনী, কল্লক মিহৌবা নৎত্রগা অপাম্বনা নমহৎখিদুনা নুংশিববু মাংহনগদবা নৎত্রগা মশক থিহনগদবা মীশক্তু ঐদি নত্তে, অদুগা ঐনা পাম্বদি নঙগী ফজবগী মপা লৈত্রবা শক্তমদুবু নত্তে, সুপ্নতংগী অমকপা লৈত্রবা থম্মোয় অমদি ঈং-তপ্পা, মোং হাদবা নতৌনা ঐগী থম্মোয়বু ঈংহল্লিবা গুনদুবুনি।

জসমীন ঃ ঐ থম্মোয় পান্দবী মীনুংশি খংদবী অমা ওইগেসু খনজখিদ্রি। অপাম নুংশি মশক খংজরমদবী ঐহাকসু নহাকপু হেক উখিবা মীকুপ্তুদগী পুক্লীং হকচাং পুম্বা নঙগী নুংশি থৌরিনা পুনখ্রবী অমনি হায়বসিসু তামোনা খঙবিরমখিরোয়।

বিরজিৎ ঃ ব্রাহৈশিং অদুনা চীনবানথোংগী ওইরম্মদি ঐদি ...।

জসমীন ঃ থাজবীয়ু, অমুক কেনবা নায়ররোয়দবা লৈরাং অমগুম ননাক্ত' লৈজগে নিংজখ্রবনী, নহাকপু নুংশিবা খঙখ্রবা ঐহাক্ল শকখংদবা অতোপ্পা কনাগী ঙকশমদা হুক্রুবা লৈ-পরেং অমমুব লেংজগে হায়বগী অনৌবা আশা খনজদ্রবীনি।

গীতা ঃ (চংলকই) তামো অচাপোৎ লৈরকএ, ঐ চা লোল্লক্কে।

বেরজিৎ ঃ (খংঙী) হা! ...

গীতা ঃ তামো, কৈদৌরগে।

বেরজিৎ ঃ কৈসু তৌদে, গীতা ... নঙ কয়াম কুইরে লাকপা ... ঐখোয়র্গ ব্রারীগা লোয়না তারব্রো?

গীতা ঃ সি মতাংসিদি ঐখোয় অনীগীদনি হায়দুনি তামো ...। (পুল্ল' নোকই)

... মিউজিক ...

*মঙাম্রবা মতাং*

(রত্না ধুপ থাংমৈ থারী, শুমাংদগী লৈকোন্দা লাকই)

রত্না ঃ হে থাজ নহাক্লা মপুং মরৈ ফানা থোরকপসে ওন্থো: নীংথিজখ্রেদকো, নহাক্কী মায়থোঙনা মকা লাম্বা অদুগুম্না ঐ:

মকা লামহৎনবীখীরোইদ্রা ? ঐনা কৎচরিবা থুপ থাংমৈসে লৌবীয়ুকো। ( লৈ মখোংদা অমুক চৎলী) পোমশাৎনবী অতর গুলাপ নঙদি থাবলগী মঙালদা কয়া ফজনা লৈশাৎ তমলীবা ... ও ... নঙদি থাবলগী মৈশা খাঙবা ঙমদদনা লৈমায়দা চোয়না কেল্লব্রা? চোইজাইনরবী নহাক্কী ননাকসিদা ঐসু ঙহাক্তং হৎকচীক লাংখিগেকো। ঙসিদি, ঐ য়ুম্নাক শাগৈ ওল্লদুনা মৌগী শিংদা চল্লবীনি। অদুবু মৌ অমা ওইহবগী চপ চাবা মফমদি ফংদনা অদুম্মক লৈরি। মানা চীংদা পোস্টিং তাখিবদগী শুংলাক লাকত্রিবসিনা কৈরিগীনো? অমরোমদা পীশক পীকলিঙৈদগী ঐবু মচানি খন্না য়োকপীরকখিবা ইদোমচানা ঐগীদমক কয়াদা ব্রাবীখিবা, ঐ ঙসি ফাওবা নীংশিংলি।

(ফ্লেস বেক)

রত্না ঃ ইন্দোমচা ইন্দোমচা ঐখোয় ইন্দোমচাদুবু লৈতজাৎলনে.. হৈমা ... ইন্দোমচা হৎকচাং ঙমদ্রবা?

সনাতোম্বী ঃ ইবেম্মা নঙ লাকইব্রা... চংলকউ ফম্মু লাও ইমাগী নাকসিদা।

রত্না ঃ হৎকচাং ঙমদবা কয়াম কুইরগে?

তোম্বী ঃ ঙসি নীনী হুন্নী শুরে।

বত্না ঃ অদুগা ঐঙোন্দা হায়রক্ত্রীবা করিগীনো? তোম্বা থাবকপা য়াদ্রো?

সনাতোম্বী ঃ নঙসু য়ুম অমা পাল্লীবনীনা, ইমানা হায়নীংদা তৌনী কন্না ঙমদবসু নত্তেদা, কন্না ঙমদবা ওইরদি ইচাদা হায়রক্ত্রদি কনাদা হায়রুদগে।

রত্না ঃ মপান্দা চৎলগা য়েংথোকলুসি হায়বসু ইন্দোমচানা যাদে, ঐগী সনা লৈরিশিংসি লোয়না কায়থোক্লসু য়াই।

তোম্বী ঃ করিগী ইচাগী সনা কাইরুগদগে, হান্নদগী হায়রুবদি খরা ফগৎলকইসিদি।

বত্না ঃ ইন্দোমচা ঐ ঙসিদগী থবক কারে, ইমাইবেম্মনা কোযচেন চেন্দনা হোৎনবীরিনী।

তোম্বী ঃ নঙগী নমাইবেম্মসে ওম্বোক্লা ফগ্রে, ঐসু ইচাগী থবক অমত্তং হায়দুনা ফনা কন্না হোৎনখিবনী অদুবু ... ইবেম্মা ... নমাইবেম্মবু লুনা সেবা তৌ... হেক পোকপা ইমামক্লী খল্লুকো। আ ... ইবুংঙোদি চিঠীগা ইরকপ্রা?

রত্না ঃ (হৈনিংদনা) অং ইরকই।

তোম্বী ঃ নুমীৎ খুদিংগী সুর্জ দেববু খুরুম্মু নুপী ওইবী ঐখোয়গীদি ইপুরোইবনা ঈশ্বরনী হায়বসি খক কাউগনুকো নুপীমচা।

রত্না ঃ (কপ্লীংবা) ইন্দোমচা ঐবু কৈদৌবগী লুহোংবিরিবনো। ইন্দোমচানা ইথন্তা লৈবসে ঐ য়াম নুঙায়তে।

তোম্বী ঃ অঙাউবীসিদি নিঙোলনবু ময়ুমদা অদুম লৈয়ু হায়বদি তম্মমদেদনা।

(ফ্লেস বেক লোয়বা)

ঙসিদি ইন্দোমচাবু য়াম নিংশিংলকই

সখী ঃ (লাকই) ইবেম্মা... ইবেম্মা ... রত্না।

রত্না ঃ (খংই) ইমাইবেম্মা।

সখী ঃ ঐদি কদায় চৎখ্রজাৎনো'না কোয়থী থীরুরেদনা। নঙদি 'সিদা হকচীক লাকঙম্মীব্রা?

রত্না ঃ ইমাইবেম্মা ... ঙসি পুর্ণিমানী, ধুপ থাংমৈ কৎলম্বনী।

সখী ঃ ও চুম্মীনে ঙসিসি পুর্ণিমানী ঐদি কাউরুরেদনা ইচাদি ওম্বোক্লা মরম মোকখ্রে, নোংমতং তাকখিবদা কাউবা লৈতে, ইমাগীদি নঙনা ইচা নীঙোলনি খঞ্জরিবনি,লাকও লাকও চংঙসি। হয়েংদি বিরজিৎসু লাকঅনি, ঐনা মাবু য়াম থুনা লাক্ত য়াদে হায়দুনা চিঠী পীখ্রবনি।

... মিউজিক ...

## ভরুকল্লবা মভাং

(বিরজিৎকী ক্বার্ত্তরনি, বিরজিৎ য়েঞ্জাং অমা থোংনবা শেম শারী)

বঞ্জিৎ : (ঙক্লা) এহ্! করি অমুক থোংদোয়নো? চাক থোংবদি লোয়রবনি।

বিবজিৎ : ঙসিদি য়েঞ্জাং অহাওবা অমা চাসি'না তৌনি।

রঞ্জিৎ : ঙল্লিব্রো ওফিস কারকপা ঙায়ররোইদ্রা?

বিবজিৎ : (থীত্তং নোকই) ঙরাং ময়ুম চৎখিয়ে।

বঞ্জিৎ : ও. ও. অদুননীদনা য়াম্মা ইংনা লৈরম্মীদি। নুমীৎ কয়ানীগী পার্মিসন লৌখিবা?

বিবজিৎ : হাপ্তা অমগী।

বঞ্জিৎ : মীওইবগী ব্রাখল কাইসিসু অঙকপনিকো, অমুকসু খল্লি সি ওইরা মাল্লে নুংশিবা, নঙনা জসমীনগা থেংনরুবদুদগী ঙাউখিদনা নশক্কদো পুরা ওনবনিনে, হৌজিক্তি, কাঙ্গীগী অনৌ অনৌবা পাউ ফংঙবনিনা মায়থোঙগদো মকা লাম্মেনে। (লক্লবা)

বিবজিৎ : (ইকায়না) নঙসিমা।

বঞ্জিৎ : অশেংবনি ডাক্তর সহেব, ফদি ফজেহে অসিমক্লনী নঙনা ঙাউরিদু।

বিবজিৎ : (শকফম হনজিল্লগা) খঙদে ভায়... মুন্না খল্লুরদি ঐনা তৌরিসি চুম্বদি নত্তে হায়বা ঐ খঙই। মাবু ঐনা মীনম্বীবনি খল্লুবা মীকুপ্তা শাগৎচখিবা আশা পুম্বা খংহৌদনা নীংখায়খি মাগী চমজরবা মতৌবু উরগা থম্মোয়সি তাসোন্না থীনবগা চপ মান্নে, সিবু ঐগী করম্বা লমচৎনো ভায়। ঐ য়াম্মা ব্রায়, খনফম খঙদে।

বঞ্জিৎ : ঐনা হায়খিদুনি, থাংজিল্লুবা খোঙ থাংদোকপা লুবনি হায়দনা, নঙনদি য়াবা লৈখিদেদো।

বিরজিৎ ঃ খঙদে ভায়, ঐগী কোকসি কৈনোমা তৌই, পোখাফম খঙদে, খল্লী মসি ওইরমাল্লে পুন্সি হায়বদো অদুবু নুংশিবা চান্মসু লৈসনু পল অসিবু লালদ্রবদি থোইনা কায়দবা জাৎনি। করিগীনো ঐনা ফোংদোকলুরিসিনা ?

রঞ্জিৎ ঃ ব্বারিসি মানা হেক খংলকপগা মানা নঙোন্দগী লাপথোকখ্রবদি কম্মায় তৌনি। কান্নদে ভায়, কোক লোয়শিন্নবা তৌসি।

বিরজিৎ ঃ মানা ঐবু তশেংনা নুংশি হায়বা ঐ খংই, অদুনা মানসু ঐবু অদুম ঙাকপীরোইদ্রনে ...?

রঞ্জিৎ ঃ নঙনা তৌদোয়সি ওস্থোক্লা লুখ্রে, নুংশিবদনা ঙাউজরিবা থম্মোয়না শেংইবা, তশেংনা হায়রুবসু য়াদে, করিগুম্ব জসমীন্না হুন্দোকপীরম্মদি শোয়দনা ঙাউদনা চৎকনি ঐদিনে য়েংবা ঙম্মোয়কো আ... ইমাবু কয়াম কন্না ঙমদে হায়গে।

বিরজিৎ ঃ খরা কন্না ঙমদবা ওইরমাল্লে, ঐসু য়ুমদা চৎতবা ফনা কুইরেদনা।

রঞ্জিৎ ঃ নঙসু খরদি হেনমল্লবনি। শাউরিনি হায়দনবু, ইমাগীসু নঙখক্তনি, অনিশুবা নত্তেঅবা ...।

বিরজিৎ ঃ তাইনফম খঙদ্রবা ঐগী ব্রাকৎ কয়াসি কনাদবু হায়রুনী নঙোন্দা নত্তনা, খুইথরুরবা ঐগী আশাগী য়েন্নীংসি করিগী অমুক হুল্লকইবা।

রঞ্জিৎ ঃ ফরেসে তোকও, খল্লুরনু, নঙ য়াম সেরিঅস ওইরে হৌখ্রসনু মল্লবা ব্বারী কয়া হৌজিক্তি তুংগী অমুক খন্বা তারেদনা, মপান্দা গল্লা অমা লৈরিসিবু করি পান্বীনো?

বিরজিৎ ঃ (ইকাইনা) জাতীকুপ্পী।

রঞ্জিৎ ঃ (কন্না নোকই) ও. ও. মীংখক্তং নীংশিংবা পেন্দদনা সজমীন পান্বী থারগা অমুক য়েংঙবা, ঈশিংগা ফজনা চায়বীয়ুকো কংদনবা।

... মিউজিক ...

## তরেৎশুবা মতাং

(বিরজিৎকী য়ুম, মমাগা বিরজিৎকা ব্বারী শান্নরী, মতম: নুমীদাংব্বাইরম)

সখী : (থেম্বা) ইমাগী ইবুংঙো নঙনা খল্লীসিবো করিনো, নঙ হৌজিকফাও করিমতা ভাব তাদ্রীসিবো করিগীনো?

বিবজিৎ : ইমানা হেন্না ঙকখ্রেনে, নাসু নাদনা নারে হায়জিন্নরিদুবু করিগীনো-অবা?

সখী : ঐবুদি তোকওনে, নঙদি নুপী লৈ হায়বফাও কাউরমাল্লে, হেক লুহোংবদগী ইমৌসে হন্না যেংবীবসু নত্তে, সিবু মীওইবগী লীচৎলো নচীন ননাও অনী সুবসু নত্তে, নথন্তনী ঐসু ইমীৎতা ইসু কাইদো উন্নিংঙেনে।

বিবজিৎ : পুম্নমক ইমানা থোকহনবা ঙাক্তা নৎত্রো? অদুবু ঐ, ইমাখোয়বু কবিমতা ব্বাৎহন্দেনা।

সখী : ব্বাৎহন্দে, অদু ওইরবসু রত্নাগী ব্বাখলদি নুঙায়রমগদ্রা?

বিবজিৎ : মাদি ইমাগা অদুক য়াম নুংশিননা লৈমিন্নরী, অদু য়াম ফবে কৈনো।

সকী : তৌনু তৌনু নঙ পাপ শোয়দনা পুনী।

বিবজিৎ : ঐদি কৈদৌবগী পুদোয়বা... অদু ইমানা হান্না খঙ্গীহৌ য়াদ্রো?

সখী : সেনাপতী হায়বসে কয়াম লাপ্পা লমনো, নোং ফাদোকসু রত্নানা লাকচবসু য়াবনী। অদুসু নঙনা মা হেক লাকঅদি য়ুমসিদা লৈবা য়ারোই হায় মাল্লে, নঙ লাইরিক লায়সু হৈতবা মীসু নত্তে, নঙ ব্বাখল মুন্না খল্লুকো।

বিরজিৎ : ইমা ... ইমা ঐসু য়াম পেন্দেকো।

সখী : হৌজিকপু পেন্দে হায়দনা চেন্দনা হীংখিদ্রো?

বিরজিৎ : ইমা ঐবু ইমানা চাক ইল্লীঙৈগী ব্বাখলদো থাদোকপীরো, ঐগী অনিংবা অপাম্বদা য়েৎপীরকঅনুবা, ঐসু মনীং মখা তন্বা পুন্সি হায়বদো ওইজরগেবা।

সখী : নত্তে, নঙনা হায়রিদুবু কৈনো? নঙ হৌজিক অমুক কৈদৌখিগে হায়বনো?

বিরজিৎ : অদুসু মতমগী মতুং ইন্না থোকঅবা লাকচনি।

সখী : তুম্মীন লৈয়ুনে নঙবু ... ইমৌসে তাখ্রবদি নুঙায়খ্ররোই হায়বনি।

বিরজিৎ : কৈসু খল্লোয়দা।

সখী : (কপ্পী) নঙ ব্রা ঙাংবদা কা য়াম্না হেল্লী, পীশক পীকইঙৈদগী ঐনা নঙবু ইচা মথন্তনী কদায়দা করি শোয়খিনি খন্দুনা য়োকচরকপনী, ঐনা পোকপা ইচানবু মমা ঐনা হায়বা ইন্দবা হৌনদে খন্দুনা মহাকপু ইমৌ ওইনা লৌখিবনি। নঙদি ঐদু করিমতা নুংশিদবজাৎনী, ইমা পুক্লীং য়াম নুংশি।

বিরজিৎ : ইমা য়ারে তোকপীরো... সিননি ঐনা য়ুমদা লাকপা তন্দনা সুংলাক লাকত্রিসি।

সখী : করিগী তোকপা (শাউনা) নঙ ঐনা শিখ্রগা নঙনা তৌনিংবা তৌ। অদুবু ঐ লৈরিঙৈদদী য়াদে হায়রিসিনী।

বিরজিৎ : ইমা ইথন্তা ঙাংহৌরো, ঐ চৎলে (চৎখী)

সখী : থেমদনা য়েংই য়াদে, শাউদনা য়েংই য়াদে, মহোয় পাবুং ঐ য়াম ব্রাবে, নচা নুপাসি ঐনা ব্রারকপা ঙমদ্রে, ঐনা হায়বা ইন্দ্রে, ঐবুসু নহাক্কী ননাক্তা লৌসিনবীরো। ঐ হীংনিংদ্রে ... (কপ্পী)

... মিউজিক ...

## নিপালশুবা মভাং

(বিরজিৎকী য়ুম, মাগী কাদা চৎনবগী ফী শেৎচল্লী, রত্না চা গ্লাস অমা পুরগা চংঙকই)

বিরজিৎ : মোজা ফুরীত্তুনা কদায়দা লৈখ্রজাৎনোনে?

রত্না : (চংঙকই) তামো ... চা লৈজরে...। হৈমা ফী হোংবীরম্মীদুবু কদায় চৎপীদোয়নো?

বিবজিৎ : থবক মফমদা।

বত্না : ঙরাং লাকপীবদা ঙায়বী, করিগী অসুক থুনা ঙসিসু নোংমাইজিংনী।

বিবজিৎ : অদো হয়েংদি ছুতি নত্তেদনা।

বত্না : চৈরাওবা য়াওরগা চৎলসু য়াই।

বিবজিৎ : (করিমতা খন্দনা) চহি খুদিংগী অদুম লাওদনা লৈরবা চৈরাওবদুবু অমুক কৈদৌখিদোয়নো। ঐখোয়দি ওফিস থাদোকউ হায়বগী রুলদি লৈতেদনা। ইবান্নী পুন্না চৈবাওমীনবসু লাকখীনি অমুক্তা নত্তে।

বত্না : অদুবুদি চুম্মী, অদু চাক ফাওবা চাদনা চৎপীদোরব্রা?

বিবজিৎ : ইমা নায় হায়বদুদা, কয়াম কন্না নারজাৎনো হায়দুনা লাকপগী ব্রানি। ইমাসু হায়জীন্নবা য়াম হৈরে। সনজেন নহা কৈনা চায় হায়বগী ব্রাবিদো কাউরমাল্লে।

বত্না : তামোসু খবা হেনমল্লব্রা খল্লি।

বিবজিৎ : (শাউনা) কৈনো নঙনা ঙাংইদো ?

বত্না : (ব্রাবৌবপ) ঐ তামোদা ঙাংজবা ঙম্বগী পাঙ্গলসু লৈজদে। অসুক কুইবা মতমসি ঐ ব্রা মচেৎ অমফাওবা ঙাংদনা লৈজরকপনি।

বিবজিৎ : নঙনা ঙাংবা ঙাংদবদি লাইরদনা ঐবু নুংঙায়রমগনি খনব্রো?

বত্না : তামো ... ঐবু .. ব্রারৌবিগনু, ঐ ঙসিদি তামোদা ব্রাহং অমখক্তা হংজগে, ঐনা য়ুমসিদা লৈবসি তামোদা য়াম নুঙায়বিদ্রবরা?

বিবজিৎ : ঐ নঙোন্দা করিমতা হায়খিদেনা।

বত্না : হায়দবদুননি ঐনা হংজরিবসিসু ঐ অহল লমন্না হায়নবগা তামোদা লুহোংখি। লুহোংবা মতুং নুমীৎ খরা লৈরম্মগা তামোদি মখা তমথবা চৎখ্রে, হেক চৎখিবদগী নোংমফাও

থোরকখিদ্রে, তম্বা লোয়রে থবকসু ফংঙে, থবক হেক তৌখিবদগী চীংদা অদুম পোস্টিং তাখ্রে, য়ুমদা নুমীৎ মঙানি সুনফাও লৈবীখিদ্রে, অদুগা হৌজিক্কা অমুক্কা হেন্না হেঞ্জনখ্রে, তামোগী পেন্দবা অমদি শোয়দনা লৈরমগনি, তামোগী পেন্দবদো ঐঙোন্দা হায়বীয়ু, ঐগী ইরাল করিনো? ইরালদো খংলবদি ঐ য়ুমসি থাদোক্কুনা চৎচখিগে। (কপ্লীংনা)

বিরজিৎ ঃ ঐ নঙোন্দা চৎলো হায়খ্রবনে?

রত্না ঃ হায়খিদে, অদুবু ঐনদি নুঙায়রমগনি খনব্রা? ঐগী ৱারিসি তামোনা তাবীনিংলমদবসু য়াই অদুবু ঙসিদি ঐগী পুক্নিংগী ৱাফম খরা হায়জনবগী তাঞ্জা অদুখক্তদি পীবিয়ু। ইমাইবেম্মগা ঐন্দি ইন্দোমচাগা য়াম লুনা তিন্নজবা মরুপনি।

(ফ্লেস বেক)

(সখী রত্নাগী য়ুমদা লাকই)

সখী ঃ সনাতোম্বী ... সনাতোম্বী ... কনামতা লৈতব্রো ?

রত্না ঃ (থোরকই) ইমাইবেম্মা লেংশিনবীরকউ ... ঐখোয় ইন্দোমচাদি হকচাং ঙমদদনা লৈ।

সখী ঃ ইহে, অদুননীদনা ঐনা লাক্কে খল্লিদী কয়াম কন্না ঙমদ্রিনোনে, ডাক্তবদগদি চৎলুরব্রো নমাদুবো?

রত্না ঃ চৎলুরে ইমাইবেম্মা।

সখী ঃ তোম্বী ... কয়াম কন্না ঙমদ্রবা ইনাওবু।

তোম্বী ঃ ইচেম্মা, লেংশিনবীরকউ, ইবেম্মা মোড়া অমত্তা পুরকউ।

সখী ঃ য়ারে, য়ারে ইনাওগী মনাকসিদা হেক্তা ফম্মগে। (মশা পায়রগা য়েংই) মশাসিসু শায়নহে।

সনাতোম্বী ঃ খরদি ফরে ইচেম্মা... অদুবু পংশোন্দা শোল্লী, ইবেম্মা... নমাইবেম্মগী চা গ্লাস অমত্তা হাওনা লোল্লকউ, খঙদে ইচেম্মা ঐসে সিদৌরিব্রা ?

সখী : হায়হৈদে হায়হৈদে, অদুগুম্বা ব্রাখল খনবা হৌনদে, করিগীনো নঙনা ব্রাখল অদুক য়াম পীকথরিদুবো হা! ইচে লৈরিসিদী, ডাক্তর অফবা অমদা য়েংঙুরগা মরাইনা ফজনিসে।

তোম্বী : ইচেম্মা... ইচানুপীগী খনবদসু য়াম ব্রায়, মাগী মফম অমা খংদ্রিঙৈদা ঐ শীনিংদ্রি মাগী মফম অমত্তং খংঙগা খুয়া তুশিংনা শিনীংই ইচেম্মা (কপ্পী)।

সখী : কপকনু নশা ঙমদ্রগা কপ্পা ফত্তে।

তোম্বী : ইচাসিসু মথ্বায় ব্রাজবনা লোয়রবনী, য়ুমসিদসু ইমা ইচাদনি লৈবিবা।

সখী : নঙনে ব্রাখল নত্ত নত্তবা য়াম্না খল্লমাল্লে, ইচা রত্নাগী ইবান্নী চংদুনা অফবা নুপা অমা থীরগা চাউনা লুহোংঙগা লোয়বেদনা।

তোম্বী : লুবিবদি কনাসু লৈজদবা ঐগী ইচাবু কনানা পামবীগদগে, মসি খল্লুবদসু ঐ লৈতাফম খংদে ইচেম্মা।

বত্না : ইমাইবেম্মা চা লৈজরে।

সখী : (চা লৌই থকই) যারে য়ারে... ইচানা ব্রানা অমুক লোল্লুরে। ইচাগী চাসি ওম্থোক্লা হাওখ্রেদা।

বত্না : (খীত্তং নোকই) ইমাইবেম্মা ঐখোয ইন্দোমচাসি, ইমাইবেম্মা লাকপসিদা ব্রাগা খবা ঙাংঈনী চাক চাও হায়বসু য়াদে, ইমাইবেম্মনা খীত্তং পীজবিরম্মু, ঐ পুজরক্কে (চংখি)।

সখী : ঙাইখোনেহে তোম্বী, ইবান্নী ওইবগী হায়নবনিকো ঐগী ইচানুপাদো ডাক্তর তম্ববুদি লোয়দ্রি ঐগীসু মা মথন্তনি পোকইবা, নচানুপীসে ঐগী ইমৌদুম ওইজরগেদো ইবেম্মা, মশক্কা মশক ফজরিবা, মরমনা মবম মোকইবা ঐদি ওম্থোক্লা নুংশিজখ্রে।

তোম্বী : ইচেম্মনা নুংশিবিদনা পংতাক হেক তাকপীরে।

সখী : নত্তে, নঙবু য়ানীংদব্রনে?

তোম্বী ঃ ঐখোয়গীদি লাইবক ফবনী, অদুদা ইবুংঙোদুগী ব্রাখলদি।

সখী ঃ এ. এ. মাগীদি ঐনা হায়রগা হেক্তা য়ানী ঐনা পামজবা ইমৌ থীজবনী হায়রগা লোয়রে, অদু রত্নাগী করি মত লৈরমগনি হায়বদি খংদেকো।

তোম্বী ঃ মাগীসু কনামতা লৈবজাৎ নত্তে ...।

সখী ঃ হুং তোম্বী তপথরগুমসি, হন্দক ইচানা ছুটী থোরকপসিদা হেক্তা হোংদোকপীরসি, পাঞ্জিদা চৎলগা অফবা নুমীৎ অমা য়েংঙুরগে, অফবা তানখৎলকপদা তপথবা হৌনদে।

তোম্বী ঃ (থম্মোয় শোক্না) ইচেম্মা ...।

ফ্লেস বেক লোযবা ব্রারীদা হনজিল্লকপা...

রত্না ঃ তঙায় ফদনা ঐ লুহোংবদু য়াবা তাখি, লুহোংদ্রিঙৈ মমাংদা তামোগা অমুক্তং উন্নজনিংখিবনি অদুবু তামোদি লুহোংগদবা নুমীৎ নীনী হুমনিদা ঙায়রকান্দা থোরকখিবনা উন্নখিদ্রে।

বিরজিৎ ঃ অদো রত্না, ঐসু নঙবু কবিমতা ব্রাৎহন্দেনা।

রত্না ঃ চুম্মী, নাকল অমরোমদা তামোনা ঐবু য়াম নুঙায়না থম্বী, তামোনা পীবকপা পৈশা পুম্নমক ইমাইবেম্মনা ঐঙোন্দা লোযনা শীন্নে, অদু ওইরসু ঐগী অব্রাৎপা অমা লৈরমগনি হায়বসি তামোদি করিমতা খংবিদবা মাল্লি। মসিবু পৈশানা মেনশিনবা য়াব্রনে? (কপ্পী)

বিরজিৎ ঃ নঙনা হায়রিদুবু কৈনো, ঐ থবক তোকও হায়ব্রো?

রত্না ঃ থবক তোকও হায়জবা নত্তে, মীওইবনা চৎনরিবা মওংদুগী ব্রানী,ঐবু মীয়াম মমাংদুদা লুহোংবিখিবা নৎত্রনে...?

বিরজিৎ ঃ রত্না ... নঙ, আইনগা য়াম্না তৌখৎলক্কনুকো। ঐ মথাগসে পুংশা শারে ... নঙবু ইমানা য়াম পামজবদুদা নশক ফাওবা য়েংদনা ঐসু লুহোংবদু য়াখিবনি।

রত্না ঃ য়াবীরমদবনা হেন্না ফরম্বনি। (কপ্পী)

সখী : (চংঙকই কবিমতা খংদবা শারগা) ইবুংঙো নঙ ঙসি চৎলগে হায়বা, হোয় হোয়... সরকারগী থবক তৌবা হায়সিদি সীনিনে, নঙসু ঐখোয়বু হোৎনবদা পংব্রা ব্রাজবপোৎনি, ইবেম্মা ... চৎলো ... চৎলো ... নঙ তামোসি ঙন্না চৎনীংমাল্লে, চাক থোংদোকউরো চাখোম্মুক চারগা চৎখিনবা।

বন্না : ইমাইবেম্মা। (চৎখী)

সখী : ইমা নঙগী নফমদা লাল্লে, পীশক পীক্লিঙৈদা নঙগী নীংঙায় থেম্বদা নপাবুংগা ঐগা কযাম ব্রাখি, অহিংদা মীথায চাগে হাযদনা কপ্পদা অহিংচুপ্পা কপখিবদো ইমা কাউদ্রি। (নুংঙাযতনা থোকখি)

বিবজিৎ : মাগী মবানবু কবিনো, সুপ্নতংগী অহল লমন্না হাযবা ইঞ্জবনী অদুগা মবাল লৈজদবী জসমীন্দা অমুক কাইহৌকবিবনা কবিগী ... ঐনা তৌবিসিবো কবিনো ? (মথা শানা)

## মাপললশুবা মতাং

(লম্বীগী মতাযদা বিবজিৎ জসমীনবু ঙাযবি)

বিবজিৎ : জসমীন...। (নুংশিনা কৌবা)

জসমীন : (ঙক্লা) হৈমা তামো ... যাম থুনা হল্লকইনা।

বিবজিৎ : (খীত্তং নোকঅগা) থব্রাযদি সিদা লৈহৌবে, কযাম কুইনা যুমদা লৈকনি।

জসমীন : হুং যাম থাজদেযে, অদো চৈবাওবগা অমত্তা যাওদনা লাকইসিবু কৈগীনো?

বিবজিৎ : চৈবাওবগী যেঞ্জাং মথেলদি নঙনা থোংঙগা চাবগে হাযদনা লাকঅবা। আ ... নঙগী খুদোপতো নখোয ইচেগী ওফিসতা চৎলগা থীল্লম্মবনি।

জসমীন : অং, তামো...।

বিরজিৎ ঃ হায়য়ো ... ঐ তারীসিদি।

জসমীন ঃ তামোসে ঐগীদমক্তা য়াম ব্রাবিরেকো।

বিরজিৎ ঃ এ, অদুবু ব্রাবা কৌব্রনে নঙগীদমক্তা থব্রায়ফাও থাবগে হায়রিবনি।

জসমীন ঃ (হয়াউনা) ঐগীদমক্তা খনবীবা, নুংশিবীবা অমা লৈরে খনবদ ঐগী থম্মোয়দা যাম্না নুঙায়বা অমা পোকচৈ, ঐসে কযাদা লাইবক ফবী হায়বদো ওইরবনো, মতম অমদদি ঐ হীংবফাও তনখি অদু ঙসিদি য়াম হীংনিংঙে।

বিরজিৎ ঃ হৌজিক্তী, নঙগীদমক্তা ঐ লৈবেদনা।

জসমীন ঃ খঙদে হন্দক মরকসি, য়েংঙু য়েংঙুবা খুদিংমক্তা খোযরাংফমদ ওই, ফজরবা হৈপাল লৈপাল কযাসি নামীবা মালংবনা হায হুমদুনা লক্লরিবসিনা, প্রকৃতিগী ফজবা হায়বদো ওইবমাল্লে।

বিবজিৎ ঃ হুং লক্লবা নত্তে, নুংশিবীয়ু হাযবা ওইবন্নীদা।

জসমীন ঃ অমবোমদনা মচু ওল্লবা লৈচীনসিনা কবি অমুক খন্দুনা তুমপক তুমপক উরিবা।

বিরজিৎ ঃ মচু ফনা ওন্দুনা শক্লোন কযা পুদুনা অতিয়াগী মফম খুদিংদ পলেপফম খংদনা কোইপায় পাইজববসু লৈচীনগী মমীংদ লৈচীন কৌদুনা অদুম লৈহৌরনী। জসমীন, কাইনবা থুংনবা শকউদবা পলেপফম অমা ওইনা লৈবসি খল্লুবদা।

জসমীন ঃ অশেংবনি তামো, কাইনবা থুংনবা হায়বসি নুংশিনবিব থম্মোয় অনিদুগী লম্বীদুদা নোংমা শোয়দনা থেংনরগদবা শকউদবা পনখৈ অমনি, করিগুম্বা মতমদা থম্মোয় অনিমক অব্রাবদুদা তামীন্নবসু য়াওবমগনি খল্লি।

বিরজিৎ ঃ অদুবু জসমীন, নুংশিনবা পুম্নমক্তগী খ্বায়দগী থাক ব্রাংনা নুংশিনবদি থম্মোয় মশক খংনা পুন্সিদুমগী ওইনা কাইনবসু থুংনরসু অমনা অমবু কাউনদনা মশা মশাগী থম্মোয়দা অচৌবা মফম অমমম খাক্তুনা থম্বদুনি খল্লি।

জসমীন ঃ উম, তামো ... ঐসে কযাম নুংশিগে?

বিবজিৎ ঃ অস! জসমীন ... ঐ নওবু যাম নুংশি, নুংশিবগী চাং ওন্নবা খুৎলাযগা লৈবম্মদি শোযদনা খংলমগনি।

জসমীন ঃ অশেংব্রা তামো। ঙসিগী নুমীৎসি ঐগী ইফমদদি পুন্সিগী কাউঙমলবোইদবা নুমীৎ অমনি, নুমীৎসিনা ঐবু অমুক্তা হেন্না ব্রাহনগদবসু মাল্লি।

বিবজিৎ ঃ মবমদি ...?

জসমীন ঃ মীওইবগী পুন্সি হাযবসি তন্বা ঙমদেদনা, ঙবাং ঐ মঙ অমা মঙখি, মীকপ থোবকপদা ঐ যাম ব্রাবম্মী, গীতানা মকু মঙনি কবিমতা খল্লুনু হাযনা ঐবু থেমজম্বীবম্মী।

বিবজিৎ ঃ কৈদৌবম্মীনো?

জসমীন ঃ ঐনা মীংসেন ঙাক্তনা খাজিনবা অব্রাংবা দলান অমগী মনুংদা লৈবম্মী। অদুগা তামোনা গেত্তুগী ব্রাংমদা লৈবা উখি। তামোবু উবদা ঐনা থোক্তি থোক্লিং থোকপদি যাদা, ঐ কযাম বানা খাংখি, খংহৌদনা মঙদু মঙফাউনখি (নুংঙাযতনা বিবজিৎ যেংঙগা লৈ)

বিবজিৎ ঃ খংদে জসমীন .. ঐ নঙগীদমক্তা খম্বদা যাম ব্রায, নঙসি ঐগা কৈদৌবগী থেংনবম্মীনো খঙদে।

জসমীন ঃ তামো ঐ ব্রা অমা খক্তা হংগেনে ...।

বিবজিৎ ঃ হাযযো কবি ব্রানো।

জসমীন ঃ তামোগী মাইথোঙদা নুঙাযতবগী মমী অমা তাবদৌনা উই অদুবু কবিগীনো ঐনা খল্লিসিবু লাল্লব্রা?

বিবজিৎ ঃ কৈসু তৌদেদা ... নঙগী ব্রাখলনা ওইবমগনি . (কোক ঙাউবগী মওং) জসমীন উ পাম্বীসিগী মখোংসিদা ঙৈহাক্তা ফমসিবা ?

জসমীন ঃ তামো কৈদৌবগে?

বিরজিৎ ঃ কোকসে খীত্তং ঙাউবদৌনা তৌই।

জসমীন ঃ অসিগী দুকানসিদগী ঈশিং খীত্তং লৌরুগে, ঙহাক্তং তুম্মীন্না ফমবীরম্মু (চৎখি)

বিরজিৎ ঃ মাদি করিসু খংজদবীনি, ঐনা মঙোন্দা চাউনা মীনম্বা অমদি ঙসিফাওবা লোৎলি, মৈবু ফীনা কয়াম কুইনা খুমদুনা থমগনি। নোংমদি শোয়দনা খংলক্কনি ঐনা ঙসি ঙায়রিবসিসু মানা খংলকপদুনি, ঐ মাবু পুরগা চৎলসিরা ... হুং নত্তে, ঐগী ব্রাখল লাল্লে, ঐ নমথাক তৌবা পামদে। (নুংঙায়তবা খোম্থোক)

জসমীন ঃ (লাকই) তামো।

বিরজিৎ ঃ হা...

জসমীন ঃ কোক্তা ঈশিং খীত্তং হাপকে, খরসু থকপীয়ু, ইংন্নবা।

বিরজিৎ ঃ য়ারে ... য়ারে ... ঐ খরা ফরে, জসমীন নঙনা ঐগী সেবা তৌবীবসি য়াম নুঙায়।

জসমীন ঃ ঐসু পুন্সি চুপ্পগী তৌজনিংই।

বিরজিৎ ঃ নখোয ককাখোয়না সিদা দুকান ফমলবসি ওম্থোক্লা ফখ্রে।

জসমীন ঃ ঐখোয় ককাদো য়াম শাথীবনি, লম হেনজরুনুকো ফুজরক্কনি।

বিরজিৎ ঃ ফুরবসু নসুংলাংগীনি খন্দুনা খাঙবা তারেদনা (পুল্লপ নোকই)

... মিউজিক ...

### ভরাম্ববা মতাং

(জসমীন অঙনবা অয়ুক্কী নুমীৎ থোরকপা য়েংঙগা লৈ, গীতা লাকই)

গীতা ঃ হৈমা, কদায় চৎখ্রজাৎনো'না খল্লুরগা, করি ব্রাখল খল্লম্মীনো অচিকপসিদা।

জসমীন ঃ হায় ... গীতা ... ঐ নুমীৎ থোরকপা য়েংঙম্মীনে, নুমীদাংব্রাইরমদা উচেক ব্রায়াশিংনা নংহৌররোয় মতাগুম

হোবে হোবে ময়ুম মাইকে তন্না পায়বসু নুংশি ... নোঙইন কৌবী চেক্লানা থাবলতবু ঙায়জবদা ৱাজবসু নুংশি, অদুগা অঙম্বা অয়ুক্তা নুমীৎনা সনা অহিংবা মচু মান্না চীংলক্তগী লীখৎলকপসিসু নুংশিদ্রনে গীতা ?

গীতা : জসমীন, নঙসে য়াম্মা নুংশি, নঙগী মওংসে নহালমখেগা সুকমান মান্নদ্রে।

জসমীন : গীতা ... নুপা ওইবশিংসিবু নুংশিবা মশক খঙবা জাৎলনে?

গীতা : করিগী খঙদনি, মখোয়গীসু থম্মোয় পাল্লীবনি জসমীন ঐ নঙোন্দা ৱা অমা হায়গে খম্বা ঙসি নীনী হুম্নি শুরে অদুবু ...।

জসমীন : করি ৱানো ?

গীতা : ঐ, নঙোন্দা ... হায়গদবসে ... । (হৈনিংদনা)

জসমীন : কয়াম লুবা ৱানো ... হেক্তা হাইয়ু কৈদৌরগে।

গীতা : ইবান্নী নহাল য়ুমদা চৎলুইদনা ... অদুদা ঐগী ইমান্নবী ...রোদা ময়ুম পানখি হায়বা সুসিলাদো।

জসমীন : ও... ও... নঙগা য়াম লুনা তীন্নরকই খুরাইদগীনী হায়বদো...।

গীতা : অং.. ঐনা তামো বিরজিৎ খঙব্রা হায়না হংঙেবা ... তামোসি মথন্তা পোকই। তামোনা ডাক্তর তন্বা লোয়দ্রিঙৈদা নুপী অমা হায়নরগা লুহোংবা ওইবমাল্লে।

জসমীন : হা! করি হায়বা গীতা। (পাখৎনা)

গীতা : তামোবুদি য়াম্মা য়ানীংখিদে হায় অদুবু উপায় লৈখিদবা ওইরমাল্লে। লুহোংবা হেক লোয়বগা চংখিবদগী অদুম থোরকখিদ্রেসু হায়, থবক তৌবদগী চীংদা অদুম লৈরকইনী হায়না মানা য়াম নুঙায়তনা ৱারি শারম্মী। সুসিলাখোয়গা মরি অমসু থোকনৈ হায়।

জসমীন : (পাখৎনা) করি হায়বা গীতা নঙনা হায়রিদুবু অশেংব্রা?

গীতা : সুসিলানা ঐঙোন্দা ওইদবা ঙাংঙোয়।

জসমীন : (কপ্পী) ব্রাফমদুনা অশেংবা ওইরম্মদি মানা ঐঙোন্দদি করিগী নমথাক ... ঐনা মাবু নুংশিজরুবা পুম্নমক অরেম্বা তারবা।

গীতা : অমুক্তং হংদোকপনা ফরোইদ্রা?

জসমীন : হংঙুবগী করিবু কান্নখিনি গীতা। ও! অসুক কুইবা মতম, ঐবু লৌনম তৌদুনা করিগী মৈশা লাংহম্বীরিবা। ঙসি তারিবা পাউসি তানি খংজরম্মদি, পুম্নিসিদা নুংশিবা করিনো খংলমদবনা ফরম্বনি।

গীতা : জসমীন ... কপ্পনু তোকও ... নঙ য়াম ব্রানা উরে।

জসমীন : (কপ্পা ফরগা) অহানবা থেংনবা নুমীৎতা ঙাউজখি ঐনা মাগ খোঞ্জেলদা শাৎচনিংখি অমুক কেম্বা নায়ররোইদবা লৈবাং অমগুম, গীতা .. মখোয় নুপা ওইবশিংগী পুকচেলসিবু অসুম্না তৌনবা জাৎলনে? ফরে গীতা ঐ করিমত্তা খল্লরোয় ...। অরৈবা থৌনা পুথোক্তুনা মহাক অদুবু ...। নুপীদুদা কদায়ব্রাইদগীনি হায়?

গীতা : য়াইস্কুল চিংঙাখম লৈরক্তগীনি হায়।

জসমীন : নোংমা ঐগী ইমান্নবী কৈশামথোং কবুই খুলদগী হোমীলান ঐঙোন্দা তামো খঙব্রা হায়না হংঙকখি, মতমদুদদি ইবান্নী মলি লৈনদ্রি, গীতা ঐ হয়েংমক য়ুমদা চৎলগে অদুগা ঐনা খল্লি য প্লানসিদা নঙসু ঐবু খরা মতেং পাংবীয়ুকো।

গীতা : ঐ শোয়দনা পাংগনি।

... মিউজিক ...

**ওরামাথোইগুবা মতাং**

(জসমীন রিক্সা অমা তোংঙগা লাকই)

জসমীন : রিক্সা য়ারনী খাম্বীরো ... পৈশা সিদা লৈরে।

হোমী : (মখোয় থোঙ্গালগী দুকান অমদা হোমী লৈরম্মী) এ. জসমীন কদায় চৎকেরা...?

জসমীন ঃ হৈমা ... হোমী ... ঐ নখোয়দা লাকইনী, নঙগা থেংনবা য়াম ফরে।

হোমী ঃ লাকও ... চংসি ... করম তৌরি ?

জসমীন ঃ খংদেদা হোমী ব্রায় হায়সিরা, নুঙায় হায়সিরা?

হোমী ঃ ফম্মু .. এ! করিগী নঙদি য়াম নুঙায়গনবনীনে।

জসমীন ঃ হোয় অদুনা অঙাং ওইরিঙৈগী। হোমী ঐ নঙোন্দা মী অমা হংগেনা লাকপনি।

হোমী ঃ কনারা?

জসমীন ঃ নঙ সেনাপতীগী ডাক্তর বিরজিৎকা খংনব্রা?

হোমী ঃ হোয়নে খংনৈ, মাগী নুপীদুসু ঐগী ইনাওনুপীগী মরুপ্নিনে।

জসমীন ঃ (হবাউনা) হোমীলা নঙগদি ফজনা খংনব্রা, ঐনা হায়বদি মাগী নুপীসু ...।

হোমী ঃ খংনবনি।

জসমীন ঃ ঐ মাগী নুপীদো য়াম্না খংন্নীংই, নঙ খরা খংনহনগেরা ...। যাগদ্রা?

হোমী ঃ কবিগী য়াতনী ... হৌজিক চৎসিবা ঐগা হৌজিক্তা ব্রারি শান্নবনি। মপামদা চংখিবনি ... মাগী মপাম ঐখোয়গী মমাংদনি।

জসমীন ঃ হুং হৌজিক নত্তে হন্দক্কী লাকইবা নোংমাইজিংসিদা নঙ মাগা ঐগী য়ুমদা লাকও, ঐগী বার্থ ডেনি, ঐনা পার্টি অমা শীনগে তৌবনি অদুদা খরা য়াওবীয়ু হায়গে তৌবনি।

হোমী ঃ ও ... নঙগী বার্থ ডে, হোয় ঐ শোয়দনা মাবু পুবিগেকো।

জসমীন ঃ য়াম নুংঙায়রে হোমী। পুং ১:৩০ চপ চানা লাকউকো।

হোমী ঃ হোয় নঙদি পুং শোয়পা য়াতবনি দদা ডাক্তবদুসু মপুক য়াম ফবনি, উখুলদসু কুইনা লৈরম্বনি, খুনগী মীশিংনসু মাবু লুনা তৌপনি। ঐগী অংকলগসু তীন্নবনিনে।

জসমীন ঃ অদুদি হোমী ঐ চৎলগেকো ... শোয়দনা লাকউকো। (চৎখি)

... মিউজিক ...

*তরানিথোইশুবা মতাং*

(টেলিফোন রিং লাকপা, জসমীন্না রিসিব তৌই) হল্লো তামো ঐনে ... অং ঐ চৎতবা য়াদবা থবক অমা লৈবা ... হুং নাদে, ইমানা ৱারি অমা শান্নীংই হায়রকপা কোন্না হায়রগে ... শাউদেদা ... ঐসু তামোদা ফোন তৌগে'না খল্লম্বনি ... ও ... গীতানা পীরকইরো ... ও... অদু তামো ... গীতাগা লাকমীন্নবীও ... উং ... তামোসু কাউদৱ্রো ঐদি নীংশিংবিরম্মোয়দ্রা খম্বা... করিমতা লৈবীরক্কনু ... য়াবে. অদো থম্মসিরা ... হা... । তামো ... শোয়দনা লাকউকো পুং ২ দা অদুর্দ খংইঅবা ... হোয় ... থম্মগে (ফোন থম্মী)। (পোজ)

(জসমীন হোমীলাবু লাকপা ঙায়রি গাড়ি অমা খাম্বা তায়)

হোমীদুবু লাকঅরোইদ্রা ... মাগী নুপীদুনা য়াদ্রবা জাৎলা ... ও ... পুংবুদি অমা মখায় তাদ্রিদনা। (লাংতক্পনা, হোমী চংঙকই)

হোমী ... চংঙকউ ... ঐদি লাকঅরোইদ্রা'না পাখৎলুরবনি ...।

হোমী ঃ করিগী ... ঐনা শোয়দনা লাক্কনি হায়বদুদি।

জসমীন ঃ হোয় অদুবুদি চুম্মী .. চংবীরকউ ... য়ানীয়ে সিদা হেক্তা ফর্ম্বায় ...।

হোমী ঃ রত্না ... মাকী মমীং জসমীন অদুগা জসমীন মাকীনা রত্না .. ঙসিদগী মরুপ শান্নরো।

জসমীন ঃ উম হোয়।

রত্না ঃ জসমীন্দি করি তৌবিরিগে?

জসমীন ঃ ঐ থবক মচা অমা তৌজরি।

রত্না ঃ য়ুম কৈদি পাম্বীদ্রিব্রো?

জসমীন ঃ পানজদ্রি ... (মপান্দা গীতাগী মখোল তায়, জসমীন থোরকই বিরজিৎপু উবদা খংহৌদনা কৌখি। তামো ... চংবীরকউ।

বিবজিৎ ঃ জসমীন ... ঐদি খবা ঙন্না চৎসি হাযবনি গীতানা যাদবগী ৱানি। (চংঙকই বত্না অমদি হোমীলাবু উই ঙকই) এহ্! হোমী ... বত্না ... নঙসু ...।

হোমী ঃ দাদা ... জসমীনদি ঐগী পীকইঙেগী লুনা তীন্নবা মকপ্নীনে। জসমীন্না মাগী বার্থ ডেগী ইনভাইট তৌবিবনি।

বিবজিৎ ঃ জসমীন ... নঙনা ... ঙসি ...

জসমীন ঃ হোমী ঐগী ইমান্নবী গীতা ঐগা পুন্না থবক তৌমীন্নবনি।

হোমী ঃ ও ... নঙগী মকপ ...।

জসমীন ঃ গীতা নঙগা হোমীলাগা ... চানা থক্লবসে খবা থৌবাং তৌবিবকউ। (চংখি) বত্নাগা তামোগদি ঙসিগী থৌদোকসে ঙক্লমগদবা মাল্লি অদুবু ঙকপীগনু। ঙসি ঐগী ইপোক নুমীৎ অসিদা ঐনা যাম চম্বা পার্টি মচা অমা শীঞ্জবগা বত্নাগা তামোগগী মবক্তা অহোবা মচা অমখক লৈবিবদু মেনশিন্বীযু হাযদনা হাযজগে তৌবনি।

বিবজিৎ ঃ জসমীন ...।

জসমীন ঃ তামো ... ঐ বত্নাগী খন্বদা যাম নুঙাযতে, ঐসু নুপী ওইনা পোক্লববনিনা নুপীগী অৱাবা মশক খংই, বত্নাবু লুনা তৌবীযু তামো।

বত্না ঃ জসমীন ঙসিগী নুমীৎ অসিবু কবিনো? নঙগুম্বীসিবু সংশাবসিদা অনিশুনা লৈবমখিদ্রনে? ঐ মঙলা তাইবংলা হাযবা ফাওবা খংলক্ত্রে।

জসমীন ঃ তামো ... ঙসি ঐনা বত্নাবু তামোগী মফমদা মমল যান্নবা খুদোল ওইনা অমুক শীন্নজববনি মাবু মীবাইবিগনুকো। (কপ্লীংনা)

বিবজিৎ ঃ বত্না ... নঙদি ঐগী নুপীনি অদুবু ঐগী নুংশিবদি জসমীননি...। পুন্সিদা নুংশিবা মশক খংলক্তবা ঐনি অদুবু জসমীনগা থেংনকবদগী নুংশিবা মশক খংলকপনি। জসমীন ঐ নঙবু থাদোকপা ঙম্লোয, ঐ নঙগা কাইনবা ঙম্লোযনে।

জসমীন : তামো হৌজিক অদুগী মতম হেনখ্রে। ইমানা ঐ লুহোংবগী মতম লেপ্লখ্রে।

বিরজিৎ : করি হায়বা !

জসমীন : অশেংবনি তামো, ঐসু ইমানা হায়বা ইল্লগে হায়না চপ যুংনা খল্লে, মচা ওইবশিংনা মমা মপানা হায়বা ইন্না হায়বসিবু তৌদা য়াদ্রবা ইথৌ নৎত্রনে? (গীতা, হোমী চংঙকই)

গীতা : তামো ... চা থকসি।

বিরজিৎ : য়ারে ... য়ারে ...। রত্না ঙসি ইচন জসমীন্না ইবান্নীগী পুন্সিব অনৌবা মপোক অমমুক ওইহনবীরে।

হোমী : ঐ জসমীনবু য়াম থাগৎলি, ঙসিগী নুঙায়পা নুমীৎসিদি ... দাদাগা রত্নাগা ঐনা য়ুমদা থীনগনি। জসমীন ঐখোয় চৎকেকো

রত্না : জসমীন ... নঙগী লুহোংবদো ঐখোয়সু লাক্কে বার্তন তৌরকউকো। (থোকখি)

বিরজিৎ : (নুঙায়তনা) জসমীন চৎলুখিগে, নঙগী লুহোংবদো ঐ লাকপ ঙস্না য়েংগে।

গীতা : (ঙক্লা) জসমীন ... নঙগী লুহোংবগী মতম লেপ্লে হাযবিদু অচুম্বানে?

জসমীন : গীতা ... ঐনা মাগী মফমদগী লাপথোকপা য়ানব হায়জীন্নবনি। গীতা ... ঙসিগী নুমীৎসি ঐদি লোয়হন্নীংদ্রে .. মহাকনা ফমমন্না মফমসিদগী অদুমক হেন্দোক্লীংদ্রেনে গীতা, (কপ্পী) কবিগীনো ঐনা অসুক য়াম কপ্লীংলীবসিনা মসিগীদমক্ত নৎত্রা ঐনা হোৎনখিবসু। (হিক্লা হিক্লা কপ্পী)

... অরোইবা মিউজিক ...

শক্রম/খোঞ্জেল

নুপা

| | | |
|---|---|---|
| বিকাশ | - | ৪৫ |
| বিজয় | - | ৬০ |
| সুরজিৎ | - | ৩৫ |
| বিক্রম | - | ১৮ |

নুপী

| | | |
|---|---|---|
| অঞ্জলি | - | ৪২ |
| সুনি | - | ৪১ |
| ইবেমহল | - | ৬৫ |
| তরুনী | - | ৬০ |

# চৈনাখোল

## *অহানবা মতাং*

মফম ঃ কলেজ কম্পাউণ্ড, মতমঃ পুং ১১

(ছাত্র-ছাত্রি ময়াম চখোক চৎশিন তৌরি, সুনি অঞ্জলি লাকপা ঙাইরি, অঞ্জলি লাকই)

সুনি ঃ হায় অঞ্জলি ঙরাংদি কদায় চৎলুরবা লাক্লুদি?

অঞ্জলি ঃ থবক অমা চৎলুরবা।

সুনি ঃ হো ইবেম্মা খংজরে, বিকাশকা কোয়বা ওইরিনী।

অঞ্জলি ঃ (খীত্তং নোকই) খংগনগ্রপোৎনি চহি অমগী মনুংদা অমুক্তং থোরকপনীনা ...।

সুনি ঃ তো ... ঐনা হায়দুনিনে হুরানবা ফারেদনা। হো ইবেম্মা ঐদি সুম হায়জিন্নবনী, ঙায়খোনে ঐ ব্রা অমা হংগে নখোঙবু কয়াম ব্রাৎলিগে... কোয়দনা সুম লৈদৌ শরুক ঐ ব্রাদি ...।

অঞ্জলি ঃ সুনি করিগীনো খঙদে মাবু মীকুপ অমফাওবা কাউগে হায়বা ঙমদে অদুম খন্দুনতা লৈ, মসিবু করিগীনো ...?

সুনি ঃ ই: নঙ অদু হৌজিকফাও খংদ্রিবো ? হো অদো নুংশিবা কৌই।

অঞ্জলি ঃ মহাক চৎখ্রনি খল্লুবদা ঐ য়াম ব্রায়, হাযফম খংদে, সুনি ... ঐসে মাগা থেংনরমদ্রদি অসুম্না ব্রাবম্মোযকো।

সুনি ঃ কৈসু খল্লুনুসে, হায়নদাইনে লৈখোংদা শাৎলিবা লৈরাংশিংসে মপু পান্বা অমত্তা নত্তে'না। মীওইবগী লাইবকপু তন্বা ঙমব্রনে, খংহৌদবা থৌদোক, শোয়খিবা খোংফম অমদা কাইনখিবসু য়াই।

অঞ্জলি ঃ কাইনবগী মীকুপ্তুনী ঐনা খ্বাইদগী কিজরিসে।

সুনি ঃ খংদে সুনি হন্দক মরকসে, ৱাখলসিসু ইনুং নুংঙায়তে।

সুনি ঃ তাঙ্গোয় ওন্নীকো।

অঞ্জলি ঃ তৌরকঅদৌনি মাইহৌনবী, ৱাহৈ অমগা ফাগী অমগা।

সুনি ঃ সিবু ফাগীরনে ...।

অঞ্জলি ঃ সুনি ... নুপী ওইবীশিংসে ওন্থোক্লা তোনখ্রবজাৎনিকো। খোংফম অমত্তং শোয়খিদুনা খুদি মচা অমত্তং থিরুরসু যাম লান্না হেক্তা লৌনৈকো।

সুনি ঃ করিগীনো নঙ অদুক য়াম সেরিঅস ওইরিবা... হিংইঙৈসিদা খবা লাংবা, খবা নুঙায়থোকপা, পংলুদা লুনা খল্লদি কমহায়না হিংদোয়নোবা ...।

অঞ্জলি ঃ মানদি মশা ইশাগী অপাম্বদা থুংনবা পাম্মী। অদুগা অমবোমদ ঐখোয় পাবুংনদী এনগেজ পাম্মী।

সুনি ঃ নঙনা অদুক য়াম খল্লিদুবু কবিগীনো ... মতমগী তাম্বাদা ঐখোয়সু যাওন্নবা তাবেদনা।

... মিউজিক ...

### অনিশুবা মতাং

মফম - কলেজ কম্পাউণ্ড, মতম - পুং ৩

(বিকাশ অঞ্জলি থোরকপা ঙায়রি অঞ্জলি ক্লাস লোয়বদুনা থোরকই- মানদি বিকাশপু উদে)

বিকাশ ঃ অঞ্জলি ... ক্লাস লোয়বব্রো?

অঞ্জলি ঃ হৈমা ... উহৌদেযে ... কযাম কুইবগে?

বিকাশ ঃ কুইদ্রি পেরিঅদ অনি অহুমদনি লেপ্লীবা আ ... উখোংগী নাপীসু মনা ফনয়াম তৎলে।

অঞ্জলি ঃ অস প্রমানগদি অয়ৌবীনিহে, লেপ্পা ৱাদ্রিবো, আদগী হোটেলসিদা ঙহাক্তং ফম্মুসিরা... '?

বিকাশ ঃ ঙসায়না ফমনিংঙপোৎনিদা নঙ লাকঅম্মিনা য়ারে হোটেলদা নৎত্রসু সিদা অসুম ফমথরগে আ ... নঙ অদুম লেপকে হায়রিরো?

অঞ্জলি ঃ ফম্মসু য়াই মথং ওফ পেরিঅদনী অদো ছাত্র ছাত্রী ময়ামসিগী মমাংদা নুঙায়তে হোটেলসিদা ফম্বনা ফৎত্রো?

বিকাশ ঃ হৈ ঙসিদি ঐ পৈশা য়াউরক্তে।

অঞ্জলি ঃ (খিত্তং নোকই) হুং ফুরিৎতো অহনবা নৎত্রো? (অনিমক নোকই)

বিকাশ ঃ ঙাইখো ... অঞ্জলি ... ঐ কৈনোমা হৎগে। আ নঙগী মাইথোঙসে ঙসিদি ইমক মকশিল্পী নশা নুঙায়তব্রা?

অঞ্জলি ঃ কৈসু তৌদেদা।

বিকাশ ঃ অঞ্জলি নঙগী মাইথোঙদা তারিবা মমীদুনা ময়েক শেংনা তাক্লি করিগুম্বা প্রোব্লেম অমা লৈরে হায়বা।

অঞ্জলি ঃ (তপ্না) নঙগী ব্রাখলনা ওইবম্নীদা।

বিকাশ ঃ অদুনা নঙগী খুদক্কী ওইবা অরাইবা পাউখুম্নীদনা। মতম পুম্নমক্তা মোমোন নোকপদা মান্বা অশাউবা হায়বদো মচেৎ অমত্তা উদবা নঙগী মাইথোঙনী, অব্রা নুঙায় পুন্সি খোংচত্তা নঙগী নতেং পাংগে খন্দুনা নঙবু নুংশিজখিবনি, নঙগী পেন্দবা নঙায়তবা খুদিংমক ঐঙোন্দা হায়বদা করিগী চিংনবীবনো হায়য়ো নঙ কৈদৌরগে?

অঞ্জলি ঃ হন্দক মরকসে ঐগী ব্রাখলসে লৈতাফম খঙদে, নঙনদি হায়না শিংনরগা লুহোংবা পামদে অদুবু পাবুংনদি ...।

বিকাশ ঃ অস ... অদুগী ওইরে, মদুসু মতম মতমদুগী থোকঅবা মরাইনা লাকচনিসে, অদুই শরুকপুদি নুঙায়বা ব্রারী ওইনা শাসি, য়েংঙো অঞ্জলি নোংমা নঙগা সুনিগা লাকমীন্নবা উকবদগী ঐগী থম্মোয়দা নঙবু নুংশিবগী মমী অমা তারকখিবনি ঙসি ইবান্নীনা অসুম্না ফমদুনা পুন্সিগী ব্রারী কয়া শাবা ফংইবসে মহাক্কী মপান্দগীনিসে খল্লুবদা মাবু অমুক্তা হেন্না নুংশিরকই।

অঞ্জলি : অশেংবনি ...।

বিকাশ : খংদেদা মপান্দা থবক তৌদুনা লৈবসে য়াম তম্লকপসু য়াওরকই।

অঞ্জলি : কৈগীনো ?

বিকাশ : হুং নুংশি নুংশিবা নখোয়না মফমসিদা লৈহৌরেদো।

অঞ্জলি : ও ... ও... অদুগীরো?

বিকাশ : অঞ্জলি, ঐ নঙোন্দা ব্রা অমা হংগে শেংনা খুমগদ্রা ...?

অঞ্জলি : করি ব্রানো ... হায়সু হায়দ্রিঙৈনা কমহায়না খুমদোয়নো ...?

বিকাশ : আ ... উং ... নঙ ঐবু তশেংনা নুংদি নুংশিকো। কবিগুম্ব ঐনা মপান্দা লৈখ্রিঙৈদা অতোপ্পা অমদগা থোককাক নয়ুম পানখ্রদি ঐদি ঙাউদনা চেল্লেনে।

অঞ্জলি : ঐবু অদুমায়না তৌদৌ মানব্রনে?

বিকাশ : হায়নৈদনা নুপীগী থম্মোয়দি অপাইবা লৈচিলগুম্বনী'না।

অঞ্জলি : নঙনা হায়রিসি ঐবু থাজদবৈ ব্রানীনে?

বিকাশ : থাজদবৈ ব্রাদি কুইবেদা।

অঞ্জলি : হুং ঐবু অদুম হায়না ... (কপ্পী)

বিকাশ : আই কপ্পীরো ... ? মী উখিনিহে।

অঞ্জলি : উগে উজসনু য়ারে চৎপিখ্রো।

বিকাশ : ঐদি ননাক্তগী সুংচৎ চৎলোয়না।

অঞ্জলি : নুংশিদেকো।

বিকাশ : কপ্লফাওদি ফজনা পকচৈহে।

অঞ্জলি : অওইব্রনে ... (ফুবা)

... মিউজিক ...

## অহুমশুবা মশাং

মফম - বিজয়গী য়ুম, মতম - অয়ুক

(অঞ্জলি ফমুংদা হিপ্পী মমা চংঙকই)

ইবেমহল : হৈমা কৈদৌরে হিপ্পগা লৈরদি নশা ঙমদ্রবো?

অঞ্জলি : ইমা ... কোক খিত্তং চিকপনী।

ইবেমহল : কলেজ চৎপা ঙম্মরোইদ্রো নঙবো?

অঞ্জলি : ঐ ঙসিদি চৎলরোয়।

ইবেমহল : খংদ্রে ইবেম্মা নঙ পাবুংনা নোংমতং কলেজ চৎতবদা ওল্লোক্লা শাউখ্রপোৎনি য়াম কন্না ঙমদবা নৎত্রগদি ঙহাক হেক চৎলুচোদনা।

অঞ্জলি : হোয় ইমা।

ইবেমহল : কন্না ঙমদবা ওইরবুদি চৈনা শৌবা য়াব্রদো। আ ... মেমচাদুনা কদায়দা অমুক চৎখ্রে মাবু চাক ঈশিংগা লোয়শিল্লমজাৎলনে ... ঐ ইখোলদা ঙহাক্তা চংঙুখিগে।

অঞ্জলি : ইখোল সুবসে তোকও হায়সে ইমানা সুংয়া য়াদবা।

ইবেমহল : হৈমা, মরোয় মপাং, য়েঞ্জাং নাপী খরা সুম থাজিন্দুনা, নোং ফাদোক্তা ওইরসু চরা নোংখন্নরিসি ফৎত্রো? অরৈবা ঙাক্তা, কনানা পুথাং ঙমগদগে?

অঞ্জলি : ইমানা ব্রাবদুদা হায়বৈ ব্রানি।

ইবেমহল : হোয় হোয় নঙনবুদি ব্রাহন্নিংদা তৌরিনী অদু ইমানদি শাজেন্নী খল্লিবা ... ইবেম্মা ইমা ব্রা অমা হায়গে নঙ করিমতা খনগনু।

অঞ্জলি : করি ব্রানো?

ইবেমহল : নঙসে ইমাখোয়গী মীত্তবুদি অঙাং ওইনা উজরসু মীগী মিয়েংদদি লৈশাবী মপুং ফারবনিদো, নচেসু মানা খংনজবা নুপাদুদা হায়হল্লগা চাউনা লুহোংখ্রিদুনি, নঙনা হেন্না খংইদুনি নঙ পাবুংদি চেন চোংবদি সুকয়া য়াদবনি হায়বা, ঐখোয়গীসু

ইচা হায়রে য়াম্বা নত্তে, নচিল ননাওদনি, নঙ পাবুংনা পামদবা থবক্তি তৌগুমসিনে ইবেম্মা, অদুগনে নঙ পাবুংনা খ্বাইদগী তাথিবসে সিফাইনি, করিগীনো খঙদে সিফায়দদি ময়াখিদ্রে।

অঞ্জলি ঃ মখোয়দি মী নৎত্রবো ... ? (খিত্তং নোকঅগা)

ইবেমহল ঃ হোয় মীবুদি মীনি, শিনফমদুনা শিফম নাফম খংদেদনা।

অঞ্জলি ঃ অদুদি সিফায়শিংসে নুপী অমত্তা থিদা তারেনে।

ইবেবহল ঃ আ ... নঙগীদুনা মরৈদা তারে, ইমানা হায়রিসীনা নঙ পাবুংনা পামদবদুগী ৱানি, ফরে ফরে চাক ঈশিং চাথোক্লো, ইমানে তোম্বীখোয় ফাওদা হান্না অমুক্তা চৎলুখিগে। (ইবেমহল চৎখি)

অঞ্জলি ঃ হোয় ইমা, অস ... বিকাশ নুংশিবসিবু ফাগীরনে ঐনা নঙবু কয়াদা নুংশিজবা, করিগীনো ... ঐনা নঙবু অসুক যাম নুংশিরুরিবা, নুংশিবা মশক খংলুবদগী ঙসিদি ঐ কয়াদা ৱাবব., অস মথা শায়দা ঐখোয় পাবুংগী মতৌসিগা, নঙনা খল্লিদুগা অস ঐ মথা য়াম শায়দা।

... মিউজিক ...

## মরিশুবা মন্তাং

মফম - লোক্তাক পাৎ, মতম - নুংথিল

(ঈশিংগী ঈরাউখোল উচেক ৱায়া খোংবগী মখোল হি হোম্বগী হিরুবাক্তা য়ৈবগী মখোল, অঞ্জলি লোক্তাক পাৎকী ফজরবা দৃশ্যবু য়েংঙগা উংঙগা ফম্মী বিকাশসু ফম্মী)

বিকাশ ঃ অঞ্জলি ... অঞ্জলি ...।

অঞ্জলি ঃ (খংই) হা ... করি হায়বা?

বিকাশ ঃ করি খল্লিনো অদুক কন্না উংইদুবো?

অঞ্জলি ঃ লোক্তাক পাৎকী ফজরবা দৃশ্যসে উবদা ইশাসে মীকুপ অমা ফাওবা পোত্থাবা ঙমদবদৌনা তৌই, য়েংঙুনে বিকাশ নুংশিদ্রা

ইমা ইবেনশিংনা হিংনবগী লানফমদা নোংমগী চরা তান্নবা হোৎনবদা খুৎতা নৌরেল পায়দুনা ইঞ্জিন লোংখোন তল্লীবসে।

বিকাশ : নুংশিৎকী অকনবা শাউমদা লোক্তাক্কী লাইজনা ইপোম নাইরিবা অমরোমদনা ঈশিং কম্বোং, ফৌনানা হায়না হুম্না লৈনা লৈনা জগোয় শারিবা... ফজদ্রা ... ?

অঞ্জলি : য়েংঙুনে বিকাশ অরাপ্পদা ঙানু লাব অমোম্না জুরা জুরা, লমগী চেক্লাশিংনা পুলপ পুলপ ফুমথক্তা ... অদুগা মাইকৈ অমরোমদনা থারিকথা কয়ানা লৈকা ফন্না শাৎতুনা য়াক্লবা কোরৌগী মৈশা খাংলি, লৈহি পাম্বা খোইমুশিংনা লৈহি চুপ্পবা কোয়পায় পায়রী।

বিকাশ : মাঙদা উরিবা থাঙ্গ ইথিলগী চীংশাং পরেংসিনা তুমপক তুমপক লেপ্তুনা লৈরিবসিনা করি অমুক খল্লিবা?

অঞ্জলি : ইবান্নীবু উবদা ইকায়বা শোয়দনা ওইরম্নী।

বিকাশ : হুং নত্তে, ইবান্নীগী নুংশিবা মতৌসিদা শোয়দনা নুংশিবা ওইরমগনি।

অঞ্জলি : বিকাশ ...। (কৌবা)

বিকাশ : হায়য়ু ঐ তারিসিদি।

অঞ্জলি : য়েংঙু য়েংঙুবা খুদিংদা ফজবৈ ফজবতনা থল্লবা মফমসি অমুক্তসু উখিদ্রি। ঙসিগী নুমীৎসে ঐগী ইফমদদি পুম্নিগী কাউঙল্লরোইদবা নুমীৎ অমনি, নুমীৎসিনা ঐবু অমুক্কা হেন্না হ্রাহনগদবসু মাল্লি।

বিকাশ : মরমদি।

অঞ্জলি : ঐ পুম্নিসি সুম খল্লুরদি য়াম কিঁজে ঙসি ইবান্নী অসুম্না ফম্মীন্নদুনা প্রকৃতিগী ফজবশিংসে য়েংমীন্নরি অদুবু হয়েং করি ওইনী হায়বা তম্বা ঙমদেদনা।

বিকাশ : অস ... নঙসিদী ...। এহ: অঞ্জলি অতিয়াসে অমুবা নোংগী মপৈনা কুপসিল্লকইসি উব্রা? হৈমা নোংদি চুববু হৌরকএনে।

অঞ্জলি : হৈমা কমহায় তৌনী ...।

বিকাশ : য়েংঙো অঞ্জলি অসিদগী শঙসিদা ইবান্নী ঙহাক্তং থুপলসি নৎত্রবদি শোয়দনা চোৎলনি লাকও ... (শঙদুদা চংই)

অঞ্জলি : বিকাশ ঙসিগী নোংসে য়াম রোমান্তিক ওইদ্রা?

বিকাশ : বেরী রোমান্তিক।

অঞ্জলি : পুংদি ফনা থেংজিল্লকএ, নুমীৎ তাখিদৌবা মানশিলকএ ... নুমীৎ তাথ্রগনা কমহায়ন তৌবা।

বিকাশ : ঙসিগী অসিগুমবা তাঞ্জা অসিনী ঐনা ঙাইরকইবা, নুপীৎপু তাথ্রবদি ইবান্নীগীসু ওইহনবা তারেদনা নুংশি পম্লুং।

অঞ্জলি : হা ... করি হায়বা ...।

... মিউজিক ...

*মঙাম্রবা মতাং*

মফম - বিজয়গী য়ুম, মতম - অয়ুক

(বিজয় ব্রাখল নুঙায়তনা তুমীন্না ফমদুনা লৈ ইবেমহল চা গ্লাস অমা পুবগা লাকই)

ইবেমহল : মহোয় পাবুং চা লৈজরে, হৈমা কৈদৌরগে মহোয় পাবুংনা নুমীৎ চুপ্পগী ব্রাখল নুঙায়তবদা মাল্লিসীনা ...?

বিজয় : করিদনোনে ঐনা নুঙায়দৌরিসিবো।

ইবেমহল : মতমদুদদি নুপী ব্রানে'না ঐনা ঙাংবদা খজিক্তং ফাও তাবিখীদে ঐদি নিংথৌমনায় চুমদ্রিং'না, হায়খিবা ব্রা হোংদে হায়দনা মুক্তনা হেক লৈখিদো, ঐদি ফনা কন্না হায়জবনী কোক হোংবীথ্রসি হায়দনা।

বিজয় : ঐনদি ইচাগীনি হায়দুনা মানা হায়বা খুদিংমক মনিং থুংনবা হোৎনৈ, অদুবু মানদি মপানী হায়বগী নুংশিবা মীৎয়েং অমত্তসু য়েংদে, ঐনা পামদে হায়বদুদং খল্লগা তৌখিবা নৎত্রনে? (নুঙায়তনা)

ইবেমহল ঃ অদুবু হৌজিক্তি হৌখ্রেদনা করিদি উপায় লৈরীগে?

বিজয় ঃ মাবু ঐনা ৱাখল লৈ হায়না খল্লুবনী অদুবু মাদি মপা ঐগী অনিংবগী ৱাংমদা চপ য়ুংনা লেপ্তুনা লৈখিবা নৎত্রনে মসিবু হৌনব্রনে?

ইবেমহল ঃ চেনখ্রদি লুহোংবা য়াদে কায়সিবু হৌজিক্কী মতমসিদদি মোয় পাবুংদবু ওইরম্মনীদা, কনামফাও হায়নদ্রবনি অদুক নুঙায়ত্রগনা নুপামচাদু কুইনা লৈদৌবসু ওইরম্মোয় কোক হেক চংহল্লসীদনা ... মবান্নীদং কৌরগা অহল অমা অনিদং ফমহল্লগা লৌখৎপিরসিদনা, ইচাদো নুংসু নুঙায়তে মীগী ময়ুমদুদা অনৌবীনেনা লৈরগা অওং অউনসু অমত্তা তম্বীদা করিবু শেৎ চারমদোয়নো খংদে। (কপ্পী)

বিজয় ঃ হোংদি হোংখ্রে হায়দায়নে।

ইবেমহল ঃ অদুনা নুপা ময়ুম্মা হোংজবনিদনা।

বিজয় ঃ ঐ করি তৌগদবনো খঙদে।

ইবেমহল ঃ হুং, হৌজিক্তি ফনা ফজনা ইংথরে, মতমদুদদি নোংশাগা চপ হেক মান্নে, ঐখোয়সু শেন থোকপসু নত্তা, ইপুরোইবনা য়াদ্রবনিদো হায়দনা উপায় অমত্তা লৈখিদে, করিমতা খম্বীরুরনুসে, মহোয় পাবুং অদুই শরুকপুদি ইচাদো নুমীৎ অফবা অমা য়েংঙগা লৌখৎপিরসিদো চৎখিদৌসু কুইদ্রমাল্লে।

বিজয় ঃ নঙোন্দদি কনানা হায়রকইবা। (কন্না)

ইবেমহল ঃ হৈমা ... খঙবু খংইনহে, হো সুনিনা হায়রম্বনি সুনিনা ...।

বিজয় ঃ উং নঙদি পাউসি ইফাও ফাওনরিবোরে।

ইবেমহল ঃ মীনা পাউ তম্মববু তানিংদে চৎথোকও হায়রুদ্রনে।

বিজয় ঃ হোয়নে য়ারে তোকওনে মমা নঙবো, ঐ লোয় খংঙেনে।

ইবেমহল ঃ অদো অফবা নুমীৎ অমা য়েংঙগা লৌখৎপিরসিঅবা।

বিজয় ঃ আ ... য়েংসি ... য়েংসি।

... মিউজিক ...

## চরুকশুবা মতাং

মফম - বিকাশকী য়ুম, মতম - নুংথিল

(বিকাশ ফম্মুংদা লাইরিক অমা পারগা হিগ্নী অঞ্জলি হৈ মহী গ্লাস অমা পুরগা চংঙকই)

অঞ্জলি ঃ আ ... হৈ মহী ... (থোক্কে তৌই)

বিকাশ ঃ ও ... নঙগীদি য়াউরক্লো?

অঞ্জলি ঃ ইমাসীখোয়গা থকমিন্নরুরগে।

বিকাশ ঃ ঙাইখো অমুক্তা লাকখো, সে সিদা অমুক্তা ফম্মু ব্রা অমা হায়গে।

অঞ্জলি ঃ (পাখৎনা) কৈনো, অনন্দীসু লাকহৌই ইকায়জদ্রো?

বিকাশ ঃ এহ্! করিগী ... নত্তে ঐনা হায়বদি কৈদৌ ইকায়দোয়নোবা।

অঞ্জলি ঃ মীনা মহোয় মৌসে মাই কাদগী হেন্দোক্লে হায়নরোইদ্রো?

বিকাশ ঃ অস! নঙনা পঙখন্দা হেক খঞ্জিল্লী,কনাসু খল্লোয়, ঙাইখোনে, নঙনা ঐখোয় য়ুমদা লৈরকইসি চহি ফাজিল্লক্কদৌরে, ঐখোযদা লৈবসিবু য়াম নুঙায়ত্রবো?

অঞ্জলি ঃ ঐনা নুংশিবা মীগী মনাক্তা লৈবা ফংঙরোয়দ্রা হায়না খল্লম্বনী, হৌজিক্তি ফংঙেদনা, কৈদৌবগী নুঙায়রোয়দোয়নো।

বিকাশ ঃ অস! পাউখুমগদি ঈশিং লিৎত্রেহে উকিলনিনা, হঙ্গামপান ফনেক শেৎপনা পকচরিবা।

অঞ্জলি ঃ হো ইবুংঙো পকচদ্রে মশকসিগা।

বিকাশ ঃ ঐ শকসে শাথীনা ফজবনী, নঙফাও ঙাউরিদুনী।

অঞ্জলি ঃ হোয় হোয় ইশানা থাগৎলগা খরা লম য়ৌবনি।

বিকাশ ঃ ঙাইখো অঞ্জলি ঐ ব্রা অমা হংগে, ঙসি ঙরাংসে নশক্তো ইমক মকশিল্লী, তৌববুদি য়ুমগা চংনদবনিনা করিগীবুদি নুঙায়রুনী হায়গে অদো পাবুংনা লৌখৎপীরনি হায়রকই হায়দায়নে।

অঞ্জলি ঃ ঐখোয় পাবুংসু হায়দোকখিবা ব্রা ঙাক্লবা হোৎনবদা ... কোন্নবুদি নুঙায়রক্তুজাৎনি।

বিকাশ ঃ ফরে করিমতা খল্লুরনুসে।

অঞ্জলি ঃ খন্দেদা ... বিকাশ ...।

বিকাশ ঃ হে ইমা তাখিনী ... কন্না কৌনু।

অঞ্জলি ঃ অদুদি করি কৌদোয়বা ... ?

বিকাশ ঃ ঐখোয় অনন্দীনসু য়াম্লুং কৌরিদুদি।

অঞ্জলি ঃ অদো ঐদি নঙগী মীংসে য়াম কৌনিংবা। ঐ ব্রা অমত্তা হায়গে খল্লম্বা।

বিকাশ ঃ করি ব্রানো হায়য়ো ?

অঞ্জলি ঃ ঐ ঙসায় অয়ুক ইমাসীগা ডাক্তরগী ময়ুমদা চৎলুইয়ে।

বিকাশ ঃ কৈদৌরবা ?

অঞ্জলি ঃ হকচাংসে সুম ইনুং নুঙায়তবা।

বিকাশ ঃ করিগীনো নকোক চিকপ্রা?

অঞ্জলি ঃ নত্তেদা, ঐখোয় মমাংগী গাইনিগী ডাক্তরদো ...।

বিকাশ ঃ আ ... ডক্তর রাণীখোয়দরনে?

অঞ্জলি ঃ উং ... মহোয় য়াম্লুংসে মপা ওইরনেয়ে।

বিকাশ ঃ হা ! (হৱাউবা)

... মিউজিক ...

## ভরেৎশ্রবা মতাং

মফম - বিকাশকী য়ুম, মতম - পুং ১২:৩০

(মপান্দগী বিকাশকী ইমানা মমৌনুগীবু কাদগী থোরকউ হায়না হায়রকই)

তরুনী ঃ ইবেম্মা ... অঞ্জলি ... নঙ অমুক্তা থোরকউ।

অঞ্জলি : করি হায়গে ইমাসী ... ?

তরুনী : নঙনা পোৎ য়োম্বদুদা সী অমুক্তা হাপচিল্লুসে।

অঞ্জলি : য়ানি ইমাসী।

তরুনী : মনিংগী ননে সনাহম্বীগী দুকান্দা অমুক্তা চৎলুখিগে, অচাপোৎ খরা শীংঙম্বনী নঙ য়াম্লুংদি অচোয় অপাসে ওহ্মোক্লা পামজগ্রবা ...। (চৎখি)

বিকাশ : ইমানা করি হায়রকইনো?

অঞ্জলি : অচাপোৎ শীংঙম্মী, লৌরুখিগে হায়রম্বনী।

বিকাশ : অঞ্জলি ... নঙ নুঙায়না লৈরম্মুকো। হে করিগীনো খংহৌদনা নঙগী মীৎলুদগী পীরাং।

অঞ্জলি : নঙ চৎখ্রনী খল্লুবদা খংহৌদনা ঐগী থম্মোয়দা নুঙায়তবা অমা ফাওরকই, সিবু কৈগীনো?

বিকাশ : অস! নঙসিদি, নঙনা অদুম্মা লৈহৌরদি ঐ কমায়না চৎকনী হা ... মথং ছুতি থোরকপদদি নঙসু শোয়দনা পুবিরনী। (তরুনী লাকই)

তরুনী : থেংদ্রীবরনে, সে সে সীগা খরা হাপচল্লু ইবেম্মা।

অঞ্জলি : সিদা পীবিরকউ ইমাসী।

তরুনী : ইবুংঙো ... নখোয়দি শাফম লানফম ঙাক্তনীদো। নুমীৎ খুদিংগী চখোকঅমদায়দা ঈশ্বর খুরুম্বা কাউনুকো।

বিকাশ : হোয় ইমা, চৎচরুখিগে ...। (খুরুম্মী)

তরুনী : নকোক ফাও হেক চীক্তবা ওইয়ুকো ইমাগী ইবুংঙো।

বিকাশ : বহাদুর সুর্কেশসে গাড়ীদা খরা হাপচিল্লু, অঞ্জলি ... নঙ ইমাগী সেবা নীংথিনা তৌকো ...। (গাড়ী থৌখি)

... মিউজিক ...

## নিপাপম্বা মতাং

মফম - বিকাশকী য়ুম, মতম - অয়ুক

(তরুনী মপান্দগী কৌরকই)

তরুনী : ইবেম্মা .. তারিব্রো নওবো ... ঈশিং গ্লাস অমত্তা পিরকউ... তারব্রো ...?

অঞ্জলি : তাজরে ইমাসী পুজরকএ। ইমাসী ঈশিং হায়দো সিদা লৈজরে।

তরুনী : আ ... য়ারে য়ারে ...নওবু থবক চৎতোয় নৎত্রো?

অঞ্জলি : চৎকনি ইমাসী।

তরুনী : থেংদ্রিব্রনে ?

অঞ্জলি : ঙসিদি থোইনা অরুবা লৈহৌদে, খরা থেংতক চৎলসু য়ানি।

তরুনী : করি য়েঞ্জাংদি থোংঙবা?

অঞ্জলি : ঙরাং ঐনা ঙা মচা অমখক লৈরকই, ইরোনবা অমগা ...।

তরুনী : ফৈদা ফৈদা ঐদি ইমৌনবু থোংঙদি পঙহাওদা হাওই, ইমৌদি চাক য়েঞ্জাং থোংবনা হৈরিবা, নচল নুপীদুদিনে করিমতা হৈপোৎনত্তে মাবু মী ময়ুমদুদা চন্নরমগদ্রা খঙদেনে।

অঞ্জলি : সুম তৌর তৌরগা হৈজরপকনিদা ইমাসী।

তরুনী : হন্দক মরক্তী ভানুদুনা অদুম লৈথোক্তনা লৈরমাল্লে চাক ঈশিংগসে অমত্তা থোংখিদ্রে, বহাদুরদুনা কদায়দা অমুক চৎখ্রে শঙ্গোয়গসে ইচায় হেক চায়রেসে।

অঞ্জলি : ইচে ভানুনা ইমুং মনুংগী কুপ্লোমশিংসে নোমজরসনু হায়দনা ঐনা সুম থোংবীবনি, বহাদুরদি ঐনা থবক অমা থাখিবনি।

তরুনী : হৈসু হৈখিদ্রে মাই ভানু হায়সে য়োৎপফাও হেক তম্বা নুমীৎসু য়াওরিম্মী। ঙাইখোনহে ইবেম্মা নঙ নচলদুদি মবুং লুহোংবা ঙাই লৈরম্মীবোইদনা, চহিসিগী মনুংদা থংনা থংনা লুহোংবা অনিনীনে অদুবু ইমাদি নুঙায়রে ইচাশিংগী তৌদা য়াদবা মথৌ

মঙম পাংথোকপা লোয়রম্নিনা শিরসু খুয়া তুশিংনা শিরনীদনা, নমাদুসু নঙ পাবুংনা য়াদ্রসু লোম্না চংজরকই্দুনি, মমা হায়সে মচাগীদমক্তা ওহ্নোক্লা ৱাখ্নপোৎনি।

অঞ্জলি ঃ ইমাসী ...।

তরুনী ঃ মমানা মচা নুংশিবসে করিদা হায়রুনী মচা ওইবশিংসে মমা ওইবিশিংগী থৱায়নিনে থৱায়...নঙসু নশাগা লুমশিল্লকপনে থবক্তো পংসু সুরুনু ইবেম্মা ...। (টেলিফোন লাকই, অঞ্জলি ইমুংদা চংখি ফোন পায়)

অঞ্জলি ঃ হল্লো ... ঐনে ... আ ... য়ানিয়ে ... অদুম হায়বীরকউ ... হা ... ইমাসীবুদি লৈ হোয় হোয় ... হা .. কৈদৌই হাযবা নখোয় সারবু এম্মুশতা ... নত্তে করি ফিভম লুনা লৈ হাযবা ... কৈনো হায়রিসিবো... (পাখৎলি, ফোন থম্মী মপান থোরকই) ইমাসী ... ইমাসী ...।

তরুনী ঃ কৈদৌরগেনে ইবেম্মা নঙনা ইপা পাখৎলিদুবু ... ?

অঞ্জলি ঃ ইমাসী মহোয় য়াম্মুংদো ... (কপঙাং ঙাংই)

তরুনী ঃ হা ... ইবুংঙো কৈদৌই হায়বনো ?

অঞ্জলি ঃ মাগী গাড়ীদুদা নোংমৈ কাপশিল্লকপগী গাডীদুদা তোংবা মীশিংদো ফিভম লুনা লৈ হায়রকই।

তরুনী ঃ হায় করিনোনে হায়রিসিবো, ঐগী ইচাবো ...।

(অৱাবা মিউজিক)

মফম - বিকাশকী য়ুম, মতম - অয়ুক

(বিকাশ তুম্মীন্না ফম্মগা লৈরম্মী, অঞ্জলি চংঙকই)

অঞ্জলি ঃ য়াম্মুং য়াম্মুং ... হো বিকাশ (কন্না কৌবা)

বিকাশ ঃ হৈম্না খংইনে অদুক কন্না কৌরকইদো কৈগীনো? ইম্না তানী কন্না কৌনু হায়রগা।

অঞ্জলি ঃ (কন্না নোকই) মীনা কৌবদি নঙদি সুংতা তাদে, কৈগীনো অদুক কন্না উংইদি, ইমাসী লৈতেয়ে ...।

বিকাশ ঃ *ঐনা লৈরকপা শারিদো ঐখোয় অনন্দীদা অমা পীথোকখিবগী উংইনি খংঙব্রা?*

অঞ্জলি ঃ ই! ই! নঙদি অঙাংদুগী করিমতদি লৈবীরক্তে, নত্তে নঙনা খল্লীদুবু চুমব্রঅবা। মাই শরুক অমা থুংবীদ্রদি ঐখোয় য়াম্নুংসে ইনমসী লাকপদগী ঐখোয়বুদি নুংশিবীপোৎ নত্তে'না খল্লোয়দ্রঅবা?

বিকাশ ঃ ঐনা লাল্লে নঙ ঙমজরো ইবেম্মা, নঙগা মরৈ য়েৎনবগা ঙমজপোৎ নত্তে, অদো ঙসিদী ঐগী ইমান্নবা গৌতমনা ইবান্নীগী পার্টি অমা শিল্লী, পুং মঙাদা। ঐনা ঙরাং লৈরকপা শারীদো শেৎকদমনিকো।

অঞ্জলি ঃ পুং মরিদি তাশিল্লকএ, ঐ লোয়শিল্লুরগে।

বিকাশ ঃ ইবেম্মা, কেবা য়াবা কেথরো ...।

অঞ্জলি ঃ য়াম্নুং ফজরব্রা য়েংঙো ...।

বিকাশ ঃ বা ... শাথিনা ফজে, নঙগী কুলৈ কুচু লময়ৌবীদুদা শারীনা তাংজবনিকো। অঞ্জলি নঙসে অসুক য়াম্না ফজরিবা, অসুক য়াম্না নুংশিরিসে করিগীনো... ঐদি নঙবু মিকুপ অমফাওবা ইনাক্তগী হেন্দোকহন্নীংদ্রে।

(ফ্রেক বেক লোয়বা)

## *মাপললগুবা মতাং*

মফম - অঞ্জলিগী য়ুম, মতম - নুংথিল

(অঞ্জলি ফমুংদা হিপ্লী তরুনী চংঙকই, অঞ্জলি কপ্লী)

তরুনী ঃ ইবেম্মা নঙবু নশা ঙমদ্রবো? (চংঙকই)

অঞ্জলি ঃ (খংই) হা ... ইমাসী কৈসু তৌদে ...। (কপ্লী) হন্দক থোরকপদদি পাবুংনা লৌখৎপিরনী হায়দনা হরাউ হরাউনা চংখিবনী ...।

তরুনী : ইমাগী ইবেম্মা নঙনা অদুম্না সুম লৈরদি ইমাদি কমায় তৌনি। নঙগী নতৌ য়েংবা ঙমদ্রেনহে, ইমৌগী লাইবক্তা ওন্না লুখ্রা ওইয়ু তমখ্রবোয়দকো ... কপকনু তোকও ...।

অঞ্জলি : ইমাসী ঐগী লাইবকসিবু করিনো, মহাক্না তৌরিসিবো ... মানা পাইরম্বা পোৎ ফাওবা মফম লেংদ্রি, ঐ মাগী মনাক্তা চৎনিংঙেনে ইমাসী।

তরুনী : পুন্সি হায়বসিদি মসিনিনহে ইমাগী ইবেম্মা ইচাগী লাইবক্তা তম্বনী অহান অকোনগী ব্রা খক্তনি। ঐগী ইচাদো মবুক মপাউদি ফবনিদা, পেন্দেদা ইমাগী ইবুংঙো নঙনা নংহৌররোয় মতাগুম তৌরিসিবু করিনো, ইমৌগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রেনে ইমাদি। (ইবেমহল চংঙকই) ইবেম্মা ইচল লকইব্রা? লাও লাও চংঙকউ, ইবেম্মা ইমা লাকইনহে।

ইবেমহল : খংদ্রেদা ইনমসী তৌরিসে ঈশ্বর মহাক্কী লীলা হয়বদো তাবে।

তরুনী : ইবেম্মা ঙহাক্তং লেংশিল্লু । (থোকখি)

ইবেমহল : ফনি ইনমসী ... ইবেম্মা নঙ চাক ঈশিংগদো খবা চাশিল্লু নৎত্রদি নশাদো য়াররোয়, ইমাসু য়ুমদা লৈরে লৈফম খংদে, সিদা সুম লৈথোকপসু য়াবা নত্তে, সে সে কপকনু তোকও, তাইবং মী ওইনা পোকঅদি শিবা হায়বসে, লমন তোন্দুন লৈরবনি, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ঐখোয়সু ...।

অঞ্জলি : ইমা ঐনা তৌরিসিবু করিনো, য়াম পেন্দে মানা ঐবু থাদোকঅম্মগা চৎখ্রিসিবু করিগীনো? মপোক সিমগীদি ঐগী পুন্সিসে লোয়রবনি, ইমা ঐ লোয়রবনি।

ইবেমহল : লৈহৌবা ঐখোয়না ব্রাহৌবা চৎখিবা মহাক্তি লাইবক ফরবনে, ঙায়খো, ইমা ব্রা অমা হংগে নঙ করিমতা হঙ্গোয়গনু।

অঞ্জলি : করি ব্রানো ইমা ... ?

ইবেমহল : আ ... নঙবু ... মতম হেন্দোকপ্লে'না ইনমসীনা নহাল কর্ম্ম মমাঙদা হায় অদুবু চুমব্রো ...?

অঞ্জলি ঃ হোয় ইমা ...।

ইবেমহল ঃ ইমানা হায়রিসে নঙগীদমক্তনী নঙ ইমাবু লান্না খনগনু ... নঙনা শাংলবা পুন্সিসিদা অঙাংদুগীদমক্তা শোয়দনা ৱাগনী অদুনা নঙগীদমক্তা খল্লগা ইমানা হায়বনি ... ডাক্তর অমা তান্নরগা।

অঞ্জলি ঃ ইমানা হায়বীরিদুবু করিনো ... ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্রে।

ইবেমহল ঃ ইমানা হায়বদি ... অঙাংদো ...।

অঞ্জলি ঃ ইমা, মদুই ৱাদো অমুক হন্না হায়বীগনু করিসু খংজদ্রিবা তাইবংপান ফাওদ্রিবা জীব অসিবু অদুম্না খল্লিবা করিগীনো মহাক্কী মরালবু করিনো?

ইবেমহল ঃ ঐসু নুপীনী, নুপীগী অৱাবা খংই, নঙনা ৱাগদবদু খল্লগা ইমানা হায়বনি, নশা নহানী মীগী মীনোক মৈশা কয়া খাংদুনা শাংলবা পুন্সিসিদা নপুরোইবা য়াওদনা করম্না লেনগনি।

অঞ্জলি ঃ মতম পুম্নমক্তা ইমানা চেচে ইবান্নীগী ৱাজে হায়বা ঐ খংই, অদু ঐখোয়বু নুংশিবগী নৎত্রা ?

ইবেমহল ঃ নখোয়বু নুংশিবগীনি ঙসি ঐনা ৱারিবসীসু।

অঞ্জলি ঃ ইমানা ঐখোয়বু নুংশিবগুম ঐসু তাইবংপান ফাওদ্রিবা ইচাসিবু নুংশি, ঐসু নুপীনি মচা নুংশিবগী থম্মোয় ঐগীসু পাল্লীনে ইমা ...। (কপ্লী)

(অৱাবগী মিউজিক)

## ভরাম্ভবা মতাং

মফম - বিজয়গী য়ুম, মতম- অয়ুক পুং ৮:৩০
(অঞ্জলি মচা নুপাবু স্কুল চৎনবা শেম শারী সুনিসু লাকই)

অঞ্জলি ঃ সে সে মমা তাইসে পুন্সিনবীগেসে নঙনা সুম লেংঙদি য়াদ্রে, মরম মোকপনি ইচাগী টিফিনদা অহাওবা অমা হাপ্পনী হোরেল চানবা, হোরেল স্কুল হল্লকপসু মমানা অচাপোৎ য়াম লৈরমদোয়নী।

সুনি ঃ (মপান্দগী) অঞ্জলি ... অঞ্জলি।

অঞ্জলি ঃ কনানো ঐ লৈয়ে হেক্তা চংবীরকউ ... (সুনি চংঙকই) হৈমা সুনি নঙ ওইরে চংঙকউ ফম্মুলাও (মচাদা উনশিল্লগা) চংলো চংলো দথৌ পপাগা ভেন ঙাইমিন্নরুরো ... । (চংখি)

সুনি ঃ কনানো দথৌ পপা হায়বো ... ?

অঞ্জলি ঃ ঐখোয় পাবুংদা দথৌ পপা কৌএ। নঙবু কদায়দা চংলুইনো ?

সুনি ঃ নঙগা উন্নদ কুইরে'না চংঙকপনী, থবক অমসু চংলুরে। অঞ্জলি নচানুপাসে য়াম চাউরম্মে হিংচাবী মশকসে বিকাশকা চপ মান্নেয়ে। নখোয় ইমাসী লৈরম্মদি মসুনিপাসিদা পুবা ঙাউরনিকো।

অঞ্জলি ঃ মান্নবনি, তৌথোকরকপসু পুরা মপানি। (কপ্লিংবা ফাবগা) ইমাসী লৈবম্মদি ঐসু সিদা লৈরম্মোয় পীক্লিবা অঙাংসিগা ঐগদং য়ুমদুদা লৈবা ঙমদবদগী লৈখিবনি। ইমাসীদো, মহাক্কী ব্রাখলদা লায়না ওইদুনা লৈখিদবনি।

সুনি ঃ নঙগী নুঙায়বা পাউ অমসু তমগে'না লাকপনি।

অঞ্জলি ঃ হৌজিকপু ঐগী নুঙায়বা পাউ, ঐগীবু নুঙায়বা পাউ অমুক লৈরিব্রনে?

সুনি ঃ হো নহাল নুপী মশানা য়াদবা চীংবগী কেশ অমা নঙনা লেপ্লদা মায় পাকখিবদো, নুপীময়ুমগী মমা মপাদুনা হরাউবনা অমুক্তোয়বা, মখোয়দো ঐখোয় হেক মনিংদগীনে।

অঞ্জলি ঃ হোয় মখোয়না নুঙায়জবা অমদি ঐনা লেপ্লা কেশতা মায পাকপদুগীদি ঐসু নুঙায়, নুপা মচাগো পংফং ফত্তবদি মান্দে মহাক্তি নুংশিবদা ঙাউজবনি মাগী মরাল হায়ববু মশানা য়াদবা নুপী চীংঙুবদুনী, নুমীৎতুদা জর্জনা কেশ ঙম্মে হায়দনা লাওথোকপদুদা ঐদি অদুম লেকথখ্রজাৎনি ঐনা জ্ঞ্যান তারকপদা হোস্পিটালদা লৈরম্মী।

সুনি ঃ হৈমা,করিগীনো ?

অঞ্জলি : খংদে সুনি, ঐগী বিকীমসে মরাইবক ওছোক্লা থীখ্রজাংনী, ডাক্তরনা ৱাখল নুঙায়তবা অৱাবা অমত্তা খনগনু হায়না এদভাইস তৌরকই, বিকীমগী খন্নদা ঐ অমুক ৱারে সুনি।

সুনি : চুম্মী, নঙোন্দা থোকইবা থৌদোকশিংসে ঐঙোন্দা থোকঅসু খন্দবা ঙম্বা হৌনদে অদুবু খল্লুরনু।

অঞ্জলি : ফনা হায়সাবনি খন্দবা ঙমদে, কাউরগে খন্না মীকুপ্তুনা হেন্নদুম নীংশিংহল্লি, ঐগুম্বী কয়াঅমসু সংসারসিদা শোয়দনা লৈরমগনি মখোয়সু ঐনা ৱারিবা অসুম্না ৱারমগদ্রা? (কপ্পী)

সুনি : হে কপকনু ...। (নুঙায়তনা)

অঞ্জলি : তুম্বা, চাবা খংদমখে মাবু নীংশিংবা নুমীৎসু য়াওই, সুনি ... মসিবু নীংশিংবা হৌনদব্রনে? ঐ খক্তগীরা... ? নোংমা ...।

(ফ্লেস বেক)

(টেলিফোন রিং)

অঞ্জলি : হল্লো... ও ... বিকাশ ... ও শোরি ... য়াম্লুং ... ঐসু নিউ ইয়ারনেনা ফোন তৌগে খল্লম্বনি, য়াম নুঙায়রে থেঙ্ক ইউ সেম টু ইউ ... ঐবো ধুপ থারম্বনী... নাদে ইমাসীবো কৈসু তৌদে.. অনন্দী লাকঅম্মী নাইট ডিউটি তায়'না চংঙকঅম্মী, চেম্বরদরো। চৎলি, মথং থাদা ... নঙ লাক্কনী খন্নদা য়াম নুঙায় ছুতিবু য়াগদ্রনে ... ইঃ হায়জন্নদোয়বা হা! ইমাসীনবু য়ারক্কদ্রনে ... ? বোর্ডরদা নুমীৎ কয়ানি ... ও ... অদুদি থম্মসিরো। উং য়ারে য়ারে ... (নোকঅগা ফোন থম্মী)

(ফ্লেস বেক লোয়রবা)

অঞ্জলি : অদুগা সুনি ... (কপ্পী) মহাক থোরক্কনী খন্নদা হরাউনা ঙাইজরম্বনী অদুবু সুনি (শ্বর শাংনা হোল্লি) মহাক অ্যামবুশতা লৈখিদ্রে হায়বগী পাউ ওইনা লাকখি। মসিদবু ঐনা করম্না।

সুনি : নহাক নচানুপাগীদমক্তা খল্লগা থৌনা ফনা হিংবা তাবনী। অঞ্জলি ...।

অঞ্জলি : উং .. সুনি ঙসি ঐনা হিংলিবসি মাগীদমক্তনি, ইচাগীদমক্তনি সুনি, ইচাগীদমক্তনি। (কপ্পা)

... মিউজিক ...

*তরামাথোইহুবা মতাং*

মফম - কোর্ট, মতম - ১:৩০

(সুরজিৎ কোর্ট মমাংদা লেপ্লগা অঞ্জলিবু ঙায়রম্মী, অঞ্জলি থোরকই)

সুরজিৎ : আ ... অঞ্জলি ... অমুক্তা ...।

অঞ্জলি : ও ... সুরজিৎ করি হায়গে?

সুরজিৎ : য়ুমদা হল্লদব্রা?

অঞ্জলি : হোয় ... হল্লনী।

সুরজিৎ : য়াম ব্রাবা মাল্লি, চারা কোফিরা অমমমতং ...।

অঞ্জলি : য়ারনি ঐদি করিমতা থকচদে।

সুরজিৎ : গাড়ী য়াওরক্তবা নৎত্রো? থিল্লম্মগেদনা?

অঞ্জলি : (খিত্তং নোকই) হুং য়ারনি।

সুরজিৎ : অঞ্জলি, ঐ নঙোন্দা ব্রা অমা হায়গেনা খল্লকপা মতম য়াম্না কুইরে, অদো লম্বীদা হেক্তা হায়বদি ... চা থক্কসু কৈনোমতং চামীন্নসি ...।

অঞ্জলি : করি ব্রানো হেক্তা হায়বীয়ু, কেশকী ওইরগদি চেম্বরদা অদুম লাকপীরসু য়াই, করম্বা কেশ লৈরগে ?

সুরজিৎ : কেশকী নত্তে, ঐগী পার্সোনেলনী, য়ুমদা চখোরক্কে হায়ববু অঞ্জলিখোয়গী পাবুংদো নহালব্রায়দি খরা ...।

অঞ্জলি : (খিত্তং নোকই) ঐগী শীনফমসিনা মীদি য়াম লাকই, করিসু কায়দে অদুবু কেশকী ব্রাফম নৎত্রগদি নুংঙায়দৌ মান্দে, সুরজিৎকী পার্সোনেলনী হায়রিদুনা কয়াম লুবজাৎনো?

সুরজিৎ ঃ য়াম লুবজাৎনি অদুবু নঙনা লায়থোকহনগদবনি।

অঞ্জলি ঃ হোয় অদুবুদি ঐখোয় উকিলগী মথৌনি হায় তারে।

সুরজিৎ ঃ অঞ্জলি ... ঐনা খল্লিসে নঙনা নাথৈদুনা থম্মীবা করিগীনো?

অঞ্জলি ঃ কৈনো হায়বীরিসিবো ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে।

সুবজিৎ ঃ ঐনা নঙবু নুংশিজরকপদি নহাক্না কলেজ তম্মীঙেদগীনি অদুবু ফোংদোকপা ঙমদ্রিঙেদা নহাক ... ঙসিদি অঞ্জলি, নঙ ঐগী লাইবক চপ মান্নরে। (ইকায়না)

অঞ্জলি ঃ হৌজিক অদুগী মতম হেনখ্রে, পনথোকপদি লাইরদনা খল্লুবদা পাপ পুগদবা ব্রাফমদো করিগী ঐগী নাকোংদা তাহন্বীরিবনো? ঐ অদুগুম্বা ব্রাহ্মণদো তাবা পামদে, অদুগা ব্রাফমসি কনাগুম্বা অমত্তগী মফমদসু হায়দোক্কে হায়নসু খনগনু, ঐগী পুন্সি সুরজিৎনা হেন্না খংঙবনি অদুগা করিগী ...?

সুবজিৎ ঃ পুম্নমক খংঙবা তুংদা ... ইকায় ইকী হুন্দোকতুনা ঐ নঙগী ননাক্তা ... অঞ্জলি ঐগী বেমগী মমাসে নঙবু ওইবীয়ু হায়জগে লাকপনি।

অঞ্জলি ঃ সুরজিৎ ব্রারীসে অতোপ্পা ওইনা সাশি, কেশকী ব্রা নৎত্রগদি চৎনবনা ফদৌমাল্লি, ঙহাক লৈহৌখিদ্রা। (চৎখি)

সুবজিৎ ঃ (ইকায়না) অঞ্জলি ... ঐ নঙবু ব্ররৌদে নঙগী থম্মোয়বু ঐনা হায়নীংঙায় লৈতনা থাগৎলি, হায়নীংঙায় লৈতনা থাগৎলী।

... মিউজিক ...

## *ওরানিথোইশুবা মতাং*

মফম - বিজয়গী য়ুম, মতম - নুমীদাংব্রাইরম

(চহি কুনমুক শুরবা বিকীম ফীরোল নান্না শেৎলগা মাঙ্গোলদা লাইরিক পাদুনা লৈরিবা মথৌগী মনাক্তা চংঙকই)

বিজয় ঃ ইসুদি ওম্বোক্না কেনা থোরকএদা কদায় চৎকে হায়বনো? ফজখ্রেদকো ঐগী ইসুসে, ফিভমনে, মুর্ত্তিনে।

বিকীম ঃ দধৌ পাপা ঐ অশ্বায়ফাওদা ব্বাকীং চৎলুগে পৈশা খিৎতা পীয়ু।

বিজয় ঃ ব্বাকীং চৎপদবু পৈশা য়াওদ্রদি য়াদব্রনে?

বিকীম ঃ কনানা খংনি মহোয় ইহে, ইমান্নবশিংনা কৈনোমা চাসি কায়না হায়রকঅদি পৈশাঅমফাও য়াওদ্রদি চোপ্লোয়দ্রো?

বিজয় ঃ য়েংঙুনহে শক অসিনা ঙাংইসে, পৈশাবু কয়ানোনে?

বিকীম ঃ লুপা নীফুরা, য়াঙ্খেরা ?

বিজয় ঃ হৌজিক্কী মতমদবু নীফু য়াঙ্খেবু পৈশারো। সে সে লুপা চাম্মনি (পৈশা পীগে তৌরিঙেদা অঞ্জলি থোরকই)

অঞ্জলি ঃ ইবুংঙো কদায় চৎতোয়নো নঙবু? কৈদৌনবা পৈশানো ... পাবুংসু অঙকপনি অঙাংনা হায়রিমখৈ য়ারীসিবু কৈনো?

বিজয় ঃ পীদেদা ... ঐসু লৈতে হায়রম্মীনি য়াম হায়বসু নত্তে লুপা তরাখক্তনি অদুদা ঐনা য়াম্মল্লি লুপা মঙা লৌ হায়রম্মীনি।

অঞ্জলি ঃ হুং মধৌগা মবোক্কনা য়োকপা অঙাংসে মাংগল্লি হায়নবিসি চুমখ্রজাৎনিকো, মতম ফত্তবসিদা চৎথোকখিনু হায়রিসিনি।

বিকীম ঃ মমা য়াম লাপ্পা নত্তে মহেশখোয় ফাওদনি।

অঞ্জলি ঃ পরিক্ষাসু কুইশিল্লক্ত্রবনি, লাইরিক লাইসু তৌগেদি হায়দ্রগা ... ঙাওশিন্নরদনা ...। (শাউরগা চংখি, মবোক থোরকই)

ইবেমহল ঃ ইবুংঙো নমানা ইমুংদা শৌহৌরিসি কৈদৌনরে নঙনা কবি অমুক হায়রুরগেঅবা ?

বিকীম ঃ কৈসু হায়দেদা বোবোক- দধৌ পপাদগী পৈশা লৌএ'না শাউরম্মীবা।

বিজয় ঃ থুনা হল্লকউকো, হোরেল থেংঙকঅদি নমানা অমুক ঙাংজনি

বিকীম ঃ হোয় দধৌপপা ...। (চৎখি)

ইবেমহল ঃ মহোয় পাবুং অঙাংসি কদায়দা চৎহনখ্রিনো?

বিজয় ঃ হৈ অসিবু ঐনা থাদোক্লিব্রো? অসিবু থৌরিনা পুন য়াবা

মতমলো চাউরক শাংঙকঅদি খরসু কোমথোকপা তমগদবনি, চাউশেন শেন্নগদবনীনে, ক্রক ক্রক য়েংনদনা অঙম তান্না য়াপোৎনত্তেনে, মখোয়গী অপাম্বসু খরা তৌহনগদবনি লাইরিক্তা পাদুনা সুম লৈবসু য়াব্রনে?

ইবেমহল : হোয় হোয় ... মহোয় পাবুংসু ইবুংঙোগা কোয়মীন্নখিব্রা খঙপোৎনত্তে।

বিজয় : ঐসু অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয় পাবুংগা ইমাগনা মপান সুংথোক থোকহন্দে, চৎপা হায়না হেক পল্লবদা মখোয়গী অশাউবী ওই, অদো মখোয়না শাউই হায়দনা ঐ লাকঅমদ্রদি নঙবু... ইবেম্মা... ঐগী ইনাক্তা লৈখিদ্রনে?

ইবেমহল : হো অঙাং লৈয়ে... হনুথংদা ...।

... মিউজিক ...

*তরাহুমদোইশুবা মতাং*

মফম - বিজয়গী য়ুম, মতম - পুং ৯:৩০

(অঞ্জলি মাগী য়ুমগী কা অমা থোং অদুম লোল্লগা থম্মী, কা অদু চহি অমদা মমুক্তং থোঙ হাংই, মহাক্না বিকাশকী ফোটোদা ধুপ থাংমৈ কৎতুনা খুরুম্মী মচানুপা বিকীমসু লাকই)

অঞ্জলি : বিকাশ চহি অমগী মনুংদা নোংমতংনি ঐনা নঙগী ননাক্তা লাকইবসে, বিকাশ ঐনা কৎচরিবা ধুপ থাংমৈসে লৎনদনা লৌশীনবিয়ুকো ... নীংশিংলিব্রা ... ঙসিসে ইবান্নীগী নুংশি পম্বুং ওইখিবা নুমীত্তুনি, নঙদি সুম নোকঅগা লৈ, ঐদি সমাজগী মীনোক মৈশা মরকসিদা কয়া ব্রানা খাংলিবা।

বিকীম : মমা মমা, হো মমা কদায়দা লৈগে?

অঞ্জলি ঃ তারেদনা নঙগা ঙহাক্তং ব্রারি শাবসিদা নচা নুপা অন্তাউবসিনা অমুক কৌরকইসে...। বিকীম- মমা সিদা লৈয়ে .. এহ... এহ.. করিগীনো নঙ খোংচুপ তোংঙগা চংঙ্কইদি, নঙ মমানা করি হায়, কাসিদা চংঙকপা তায়দি খুচুপ য়াওবা য়াদে হায়খিব্রা?

বিকীম ঃ ও... শোরি মমা ... ঐ থুমনখিদুনা কাউরুরে। পৈশা থীত্তা পীয়ু মমা।

অঞ্জলি ঃ অমুক হায়খিবা ব্রা কাউরোইদবনি ইমাগী ইবুংঙো। কৈদৌনবা পৈশানো নঙনা পীয়ু হায়রিবো?

বিকীম ঃ ঐ ফোর্ম অমত্তা লৌরুগে তৌবনি।

অঞ্জলি ঃ করি ফোর্মনোনে?

বিকীম ঃ আর্মি সেলেক্টসনগী ফোর্মনি, থেংখিদৌরে মমা, মহেশ ঙাইরম্মনী।

অঞ্জলি ঃ (শ্বায় লাওই) অদুগী ওইরদি লৌরুরনু।

বিকীম ঃ কৈনো মমানা হায়রিদুবু করিগুম্বা খল্লকঅদি মমাবু নুংঙায়রোইদ্রো?

অঞ্জলি ঃ হা! সিপায় (পাখৎনা) মমাদিনে সিফায়গী থবক তৌবসে পামদ্রে, মমানা নঙবু নুমীৎ থা ওইনা য়েংদুনা লৈজরিবনি, মরম মোকপনি ইচাদি মমানা য়াদবা থবক তৌবা ফত্তেকো।

বিকীম ঃ করিগীনো মমানা অদুক য়াম্না পামদ্রিবা? মীওইবগী পুন্সিবু তম্বা ঙমব্রনে? নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা শিগদবা ঙাক্তনি, চেকশিল্লসু শিনি চেকশিন্দ্রসু শিনি।

অঞ্জলি : অদুবু চেকশিনদবদগীদি চেকশিন্না খরদি কনিদনা?

বিকীম : অস! ঐখোয় মমাসিদিঅবা মীনা থবক অমত্তা তৌগে তৌবদা... য়াওবু য়াওরদি শোয়দ্রব্নী।

অঞ্জলি : মমাগী বিকীম মমাসে থম্মোয় শোধী নুপী অমদি নত্তেনহে, মমা ওসিদি য়া হায়গে তাও ... অসুক শাংলবা মতমসি নঙোন্দা অমুক্তা হায়খিদ্রি য়েংঙো সিদগী ফোটোসে কনা মাল্লি। (মখোল নীল্লা)

বিকীম : সিবুদি ঐখোয় পপাগী ফোটোনিনা।

অঞ্জলি : বিকীম, নঙগী পপা আর্মী কমান্দেন্ট ওইরম্মী। অদুবু লাইবক থীবা থৌদোক অমদা মহাক লৈখিদবনি (কপ্পী) মতমদুদা নহাক্তি ইমাগী গর্ভনুংদা সুপ্লতংগী থা অহুম মপুং ফাবদমক ওইরি। নঙগী পপাগী পাউ তাবদা ঐগী থম্মোয়দা ফংখিবা 'চৈনাখোল' দো নহাকথক্তা অমুক ফংনিংদ্রেনহে, মতমদুদা নঙগী পপাগী মতুং ইন্নসিরা হায়নফাও থল্লুই অদুবু তাইবংপান ফাওরক্লিবা নহাক্কীদমক থল্লগা ওসিফাও হিংলিবসিনী ইমাগী ইবুংঙো, নহাক মমানা পামদবসিদংদি তৌগনুকো।

বিকীম : অস ... ।(য়ানিংদবা)

অঞ্জলি : য়াম্বুং, ঐবু মফমসিদা ইতোমত্তা হন্দোকপিরম্মীবা করিগীনো। নহাক য়াওদনা ঐবু করম্না হিংঙু হায়রিনো। নচা নুপাসিসু ঐনা হায়বা ইন্দ্রেনে, ঐবুসু ননাক্তা থম্বীরো কৈদৌবগে ... ।(কপ্পী)

বিকীম : ঐ লাল্লে, মমা ঐ লাল্লে... ঐবু চাউনবা য়োকললকপদা মমানা অৱাবা কয়া খাংদুনা লাকএ, ঐনা থবক তৌরদি মমাগী মতেং পাংগনি মমাগী অৱাবা কোকঅনী থন্দুনা ঐনা সিফাই খনগে

হায়রুবনি, মমা ঐ ঙসিদগী মমানা য়াদবা থবক অমত্তা তৌররোয়য়ে ... ঐবু ঙাকপীয়ু মমা, ঐবু ঙাকপীয়ু।

অঞ্জলি ঃ ইমাগী ইবুংঙো ... মমাগী বিকীম (মচাবু কোল্লগা) নঙগীদমক্তা ইমা লৈয়ে নঙদি ইমাগী থম্মোয়গী মণিনে থম্মোয়গী মণি ... য়াম্লুং ...। (কপ্পী)

... অরোইবা মিউজিক ...

শক্তম/খোঞ্জেল

নুপা

| | | |
|---|---|---|
| দিপক | - | ২৩ |
| উমানন্দ | - | ৩০ |
| রিশী | - | ২৫ |

নুপী

| | | |
|---|---|---|
| জেনী | - | ২০ |
| রিতু | - | ২০ |
| বিনা | - | ৫৪ |
| ইবেতোম্বী | - | ৭০ |

# শিঙ্খিনী পিরাং

অহানবা মতাং

(লমতাগী পুর্ণিমা য়াওশঙ হৌবা নুমীৎ, লৈশাবী পাখঙ ময়াম থাবল চোংনরি, জেনীসু থাবল চোংলি, দিপক মমাম্নবা রিশীগা লোয়ননা থাবল চোংবা লাকই, দিপক্না জেনীবু উবদগী জেনীবু পায়রগা থাবল চোংই)

দিপক ঃ (ব্রা ঙাংবা হৌরকই) সুম চোংবসু ব্রাই ঙহাক্তং পোথাসি নঙদি ব্রাদ্রো? (জেনী করিমতা খুমদে) আ ... নমাম্বীশিংসিদী ঙহাক ঙহাকসু পোথাই। করি মিং কৌগে কদায়ব্রাইদগীনো? খুমদবা য়াম কল্লীকো, লোন থোক্তবরো?

জেনী ঃ (শাউরপ) থাবল চোংবদা ব্রারি শাবসে ভলনতিয়ারশিংনা য়াম শাউবনি, চোংদৌবা অদুম চোংঙু।

দিপক ঃ ব্রারি য়াম শান্নবসু নত্তনা কৈসু শাউরোইদা।

জেনী ঃ ব্রারি শাসি হায়রগনা নোংমা লাকউ, অদুগা ফজনা শাসী।

দিপক ঃ লৈফমসু খংদনা কমহায়না লাক্তোয়বা?

জেনী ঃ হং, নঙ ব্রারি য়াম শারক্তোরমাল্লে, ঐ তোকহৌরগে (চৎকে তৌই)

দিপক ঃ ঙাইখো তোকখিনু, ঐ শাররোয়অবা, মিংগা লৈফমদুগদং হায়বীরম্মু।

জেনী ঃ লম্পাকসিগী মনিংদা জিন্দঘনা কুপ্পা য়ুম অমা লৈরিসি উব্রা? অসিদগী মিংনা ... জেনী ... (শাউনা)

দিপক ঃ ঙসিদি নুংদাংনিনা ফজনা উদ্রে, হয়েং ওইনা লাকঅগা য়েংগে। (মথন্তা শোল্লী জেনী)

জেনী ঃ নঙ নথন্তা চোংজহৌরো। (থদৎলগা চৎখি)

দিপক ঃ (খিত্তং নোকই) ঐসু তোকঅনী মথংদা অমুক য়াওরকপা ঙায়রগে। (দিপকসু থোরকই)

রিশী ঃ ভায় করি ব্রারিনো নঙনা অদুক কন্না শান্নরিদুবো। মায়েপ্তা

জেনী : ঐসু হায়ফম খঙদে, ঐনা ওইরিবা ফীভমসিদা করম্বা মমা মপানবু পাম্বীগনি, মাগী ববাসু ইমাসু কলেজগী ওঝা ঙাক্তনি হায়।

রিতু : নুংশিবদবু অদুম্না খম্নব্রনে ?

জেনী : রিতু ঐ খল্লি, পুন্সিসিদা নুংশিবা খংদনা লেপ্লকপা ঐনি অহানবনা অরোইবা ওইবা নুংশিগী খোংচৎ ঐ কিজে, মা ঐগী পুন্সি কয়াদা খেন্নখ্রবা ...। ঐবু নুংশি মশক খঙদবী থম্মোয় পান্দবী ওইনা উব্রনে? থীক নেম্বনা থা লাম্বা, হৎ মসিগী ৱাসী তোকঅসি রিতু, নুংশি খঙদ ী ওইনা উদুনা লৈখ্রসনু মসিনা ঐগীদি য়াইফবনী হায়না লৌরগে।

রিতু : খংজরে ইবেম্মা, নঙগী থম্মোয় মশক খংদোক্কে খম্বনী, য়ারে য়ারে মখা তাবদি ঐনা ফনবা শিন্বীরনিয়ে (নোকঅগা জেনীদা ফুৰা)

... মিউজিক ...

*অহুমশুবা মতাং*

(রেষ্টুরেন্তদা নুপা নুপী, পাখঙ-লৈশাবী জুরা জুরা টেবল টেবলদা চা থকই, অচাপোৎ চারী, টেবল অমদা জেনী অমদি দিপক ফম্মী বা ঙাংনদে তুম্মীন তুম্মীন লৈ, জেনী হৈনদবদগী খৌদেমথোকখী)

জেনী : ও ... শোরি।

দিপক : কৈসু কাইদে। (ৱেটর চংঙকই)

ৱেতর : সার করি চাবিগদবা ? (মেনু পীশিল্লী)

দিপক : (জেনীদা ওনসিল্লগা) উং ... জেনী করি চাসিগে?

জেনী : ইয়া য়ায় ...। (ইকায়না)

দিপক : কোফী অনিখক্কা দোশাগা পুবিরকউ (ৱেটর চৎখি) জেনী ঙসিগী নুমীৎসে ঐগীদমক্তদি য়াম নুঙায়।

জেনী : কৈবো?

দিপক : নঙগা অমুক্তং অসুম্না ফম্মীম্নরদি হায়না খঞ্জরকপা মিকুপ্তো ঙসিদি ফংলে, সিবু নুংঙায়বা ওইরোইদ্রনে? জেনী, নঙ থম্মোয় য়াম কনমল্লী, মীবু অসুক য়াম ৱাহল্লিবা করিগীনো?

জেনী : থম্মোয় কনবগী ব্রা নত্তেদা, সুম ...।

দিপক : সুম হায়ববু কৈনো আ ... নঙগীদো মরম অমদি লৈ।

জেনী : ঐগীনি হায়বদা হন্না য়েঙবদা বোবোক অমদি দথৌ নত্তনা কনাসু লৈতে, দিপক নঙগা ঐগদি থাক য়াম খেন্নে, নঙ ঐগী ব্রাখল থাদোকপিয়ু, অরেম্বদা নঙবু মতম মাংহনবা তশেংনা পামদে নঙগা অমুক্তং উন্নরগা ব্রাফমসি হায়দোক্কে হায়দুনা ঐ লাকপনী।

দিপক : নঙগী ব্রাহৈদুনা ঐবু নঙগী ব্রাখলদা হেন্না চিংশিলহল্লী, ঐদি নঙগী নুংশিবদা ভাউজবনি, কল্লকপা অপাম্বনা নঙগী নুংশিববু অরেম্বদা মাঙহনগে খল্বা মিশক অমসু নত্তে হায়বা অসিমসু নহাক্লা কাউনু।

জেনী : করিসু লৈত্রবী ঐগীদমক্তা অদুক লুনসু খনবীরুনুদা (ব্রেটর চংঙকই)

ব্রেটর : সার কোফী লৈরে।

দিপক : আ ... য়ারে, কোফী থকসি।

জেনী : ঐ পুন্সিসিদা কনাগুম্বা অমত্তবু নুংশিখীবসু লৈতে, নুংশিবা করিনো মদুসু ঐ খঙদে, নঙনা ঐবু নুংশিবীবা নঙগী চমলবা থম্মোয় অমদি নঙগী মীনুংশি পুন্নমজুনা ফাওরকখি ঐগী থম্মোয়দা খংহৌদনা তারকখি নঙবু নুংশিবগী মমী। য়াওশঙগী ছুটি থোরকপদগী চংঙু য়াদ্রে হায়না তাই অদুবু ফব্রনে?

দিপক : নঙগী পাউ অমা খংদ্রি মখৈ চৎলরোই খনবা।

জেনী : নঙসু ইমা পাবুংগী অমত্তা পোকচবা মচানী, নঙনা তৌরিদুবু মখোয়না পেল্লমগদ্রনে?

দিপক : ঐখোয় মমাদো নহালদি থম্মোয় শোক্লা কল্লী। (অব্রাবা শ্বর শকফম হনজিন্না)

জেনী : করিগী কল্লীবা? (খংনিংনা)

দিপক : করিগী ওইনি ঐ চৎলু য়াদবগী।

জেনী : নুঙায়ব্রো'দো?

দিপক : করিগী নুঙায়তনী য়াদৌবা মীনদি য়াদনা অশেংবা অমা খংদ্রিফাও সুংচৎ চৎলোয়।

জেনী : হুঁ! ঐননী সিনিনে।

দিপক : নঙগী অরেপ্পা পাউখুম অমত্তং ফংঙদি হয়েংমকসু চৎপা য়াই।

জেনী ঃ নঙ ঐ মরি লৈনবা পামদে হায়রগদি।

দিপক ঃ পুন্সিগী ওইনা তমদ্রেদনা।

জেনী ঃ অদুগুম্বা নঙগী ব্রাহৈদুননে ঐনা নঙবু নুংশিদবা ঙমদ্রিসে।

দিকপ ঃ অস ... হয়েংগী প্লেন টিকেট লৈরমখিদ্রা?

...মিউজিক...

*মরিশুবা মতাং*

মফম - বিনাশখিগী য়ুম, মতম - অয়ুক পুং ৯:৩০

(দিপক্কী কানি, দিপক মফি মরোল শেৎলি মমা চংঙকই)

বিনা ঃ হৈমা কদায়দা অমুক চৎত্তে রে? নফি নরোল হোংঙম্মীদুনা।

দিপক ঃ থবক অমত্তা চৎলুগে তৌনী।

বিনা ঃ করি থবক্লোনে নঙনা হন্দক মরক অসুক য়াম চিনখৎলিবা থবকসিনা? নঙগী হন্দক্কী ছুটিদুনা লোয়দৌ কয়াম ব্রাৎলি?

দিপক ঃ চৎলনি মমা... পংঙাংদা ঙাংই।

বিনা ঃ ঙাংদদি কৈনোনহে, ঙাংবিরিসে ফরিবনীনে, নত্তে নঙবু লাইরিক তম্বসি তোকঅগে হায়রব্রো? নপাননে শাউবনা লোয়রবনি।

দিপক ঃ মমানা ফনবা অদুম হায়বি য়াদ্রো?

বিনা ঃ করিনো ঐনা হায়দোয়বু ?

দিপক ঃ ঙসিফাও ছুটিনি।

বিনা ঃ অদুগা নঙনা কৈদৌদনা চৎত্রবা?

দিপক ঃ রিশীগী মচল নুপীদো হংচিৎ লুহোংবনি অদু লোয়রগা চৎলগে খল্লবা।

বিনা ঃ হৈমা মসি ঙাউদোরব্রা খংদেনে, রিশীগী মচল লুহোংবগা নঙ লাইরিক তম্বগা করি মরি লৈনগেনে?

দিপক ঃ মখোয়গীসু মী লৈতে অদুননী।

বিনা ঃ তৌনু তৌনু নঙ পংতৌ তৌনুকো হায়বিরিসীনি নঙ ফত্তবা লাক্কনিকো... নঙ করিমতা ভাব তাদ্রমাল্লেনে ঐখোয়গী আশাপুম্বা নঙোন্দনী ... নঙ মী অমা ওইদবা য়াদবনী হায়বসে খংগদবনী।

দিপক ঃ ঐবু করি তৌথ্রগে মমা ... ?

বিনা ঃ খুন্না য়াম হৈরে, ব্রা ঙাংবদা ঈশিংগা লিৎখিদ্রেনে, ঐখোয়না তানশিল্লীবা লনথুম ময়ামসি নঙগী ঙাক্তনিদী হায়বু ইশানা থোকচবগা মীগী মরলগা কনানা হেন্না ফৈ হায়বদো মুন্না খল্লু, ঐখোয়সু অহল ওইরক্লনী সুমহায়না সুমদী লৈরোইদনা, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি নয়ুম নকৈ পাল্লকনী, নত্তে নঙবু সুমহায় সুম লৈ য়ারদ্রো?

দিপক ঃ অস মমা ... ঐ লোয় খংইবা। (ঙাংনা ঙাংনা চৎখি)

বিনা ঃ য়েংঙুনহে মীনা ঙাংবগা তাদেনে, মানা থোকপা খুম্মম্মগা চৎখিনে, হৈ নঙ হয়েংমক টিকেট ককউচোকো ...।

... মিউজিক ...

মঙাশুবা মতাং

মফম - কলেজ কম্পাউণ্ড, মতম - পুং ১১

(রিতু কলেজগী লম্পাক্তা জেনী লাকপা ঙাইরি জেনী লাকপা উবদা)

রিতু ঃ হে অসুক থেংনা কলেজ কারকইদি কৈগীনো? ঐদি দিপক্কা কোয়খ্রবোয় নিংঙুরেদনা, হায়নদায়নে থাদোক্তবা ষনদি হনজিনফম খঙদে হায়দনা, গাড়ী মমাংদা চেনশিল্লুনিকো।

জেনী ঃ খনজিল্বীপ্রপোৎনি, হো ইবেম্মা ঐখোয় দথৌদো নাবা য়াম হেনজল্লকই য়ারোইদৌরিব্রা খঙদে, প্রক্টিকেল য়াওনিংমনখিদুনা কারকপে ব্রানী।

রিতু ঃ করি ওইনা ঙমদ্রিনো?

জেনী ঃ অহল ওইশিল্লকপগী শোল্লকপনিদা।

রিতু ঃ ও ... ও ... অদুদি নঙ য়াম নুঙায়রম্মোই।

জেনী ঃ খঙদেদা রিতু ... ঐগী পুল্সিসে সুম খল্লুরদি য়াম তনজাৎনি।

রিতু ঃ থোইনা হেন্না খল্লুনুদা, হে ব্রা অমা হায়বিগেনে ঙরাংদি নঙ কলেজ কারক্তেদনা, বোয়াইখোয় পার্টিদো পুরা বেরানী খঙব্রা, মখোয় মরক্তা রাসিকং অমা য়াওবদো।

জেনী ঃ ও... ও... রোবোট মানবদুরা?

রিতু ঃ অং ক্লাসতা লাংমনখ্রে হায়দনা সার জিতেন্না কয়াম থীনা চৈ খংব্রা, অদুগনে ক্লাস লোয়রগা নঙ কারকঅমদবা য়াম ফৈ নৎত্রদি ইকায়বনা লোয়নী হায়বৈ ব্রানী।

জেনী ঃ ই! ... অদুক য়াম্বা ছাত্র-ছাত্রিশিংদো অমত্তা ইকায়দবা, য়াম নোক্লিংই মশকশিংদুগা হুং য়াম পক্তেয়ে।

রিতু ঃ হো ইবেম্মদা ওইরা মা'ল্লে মখোয়না ইকায়রিসে, এহ্: দিপক লাকইসি উব্রা?

জেনী ঃ হৈমা অসিনা কৈদৌঙৈ অমৃক থোরকইজাৎনো খঙদে মসিমসু পংলাক্তা লাকই।

রিতু ঃ লাকচসনু কৈনো, মাগা চৎমিন্নবা উবদগী লাংঙম্বশিংদু খরা ফগ্রিদুনী।

জেনী ঃ অদু ওইরবসু ছাত্রশিংগী মমাংদা ফজবা খরদি ব্রাৎলিদনা।

রিতু ঃ ই! সিবু মীনা তৌনদবা থবক্লনে, নতোমতনা হৌদোকপরো'? সোবিতাখোয় রানীখোয়দি পীক্লিকপু চৎলি হায়রিদুনী, অদুমক্তী ঐখোয় তৌদেদনা, চৎতুম চৎলোসে নঙ য়েংবদা মঙকসে তেকপু তেকঅম্মনী।

জেনী ঃ কেন্টিনদা অহাওবা অমত্তং চাম্মীম্নরগা থাদোকখ্রসি মাসু হরাউজনবা।

রিতু ঃ হুং ঐ য়াওররোই, দিপক্লা শাউদি শাউনিংলগা শাউবসু য়াদা।

জেনী ঃ হো ইবেম্মা মাদি অদুগুম্বা মী নত্তেয়ে, য়াম চম্বনি। ঐ মাগী চমজবা মতৌ পুকচেল শেংবা অসিগুম্বা ময়ামসিনা মাবু অমুক্তা হেন্না নুংশিহনখিবনী অস চৎতুম চৎসিসে। (চৎখি)

••• মিউজিক •••

## তরুকপুবা মতাং

মফম - পার্ক, মতম - নুমিদাংবাইরম

(বেটিং সেড মচা মচা লৈ দিপক অমদি জেনী বেটিং সেড অমদা পুন্না ফম্মীন্দুনা বারী শারি )

দিপক ঃ নঙগীসি ঐবু থাজদবে বারো?

জেনী ঃ থাজদবে বাদি নত্তে, ঐনা ঐগী পুন্সিবু ইশা ইথন্তা নিন্দা তৌজে।

দিপক ঃ নঙ অয়ামবা মতমদা নহাক্কী পুন্সিবু অদুকয়াম মিরাইরিবা করিগীনো?

জেনী ঃ দিপক শংসারসিদা লৈরিবা জিবশীংসিদগী ঐনা খ্বাইদগী তোল্লী হায়না খল্লী, নঙদি মমা পপানা নুমীৎ থা ওইনা য়েংজরিবনী ঐগীদি বোবোক নত্তনা হন্না য়েংবদা কনাসু লৈতে, ইবান্নিগী মরিসি নখোয় মমা পপানা ...।

দিপক ঃ করিনো নঙনা ঙাংইবা ময়ামদুবু ঐ খেৎনবা করিনো হায়বা খঙদে, নত্তে লৈম্মীন্নদোইসিবু মখোয়গরো কনাগনো? পুন্নমক অরেম্বা ঙাক্তনি ঐগী নুংশিবগা মরী লৈনদে।

জেনী ঃ ঐ ইশা ইথন্তা কনানো হায়বা খল্লগা নুংশিবা মশক খংদনা লৈরকপনী, অদুবু নঙগী নুংশিবা নতৌদা ঐবু পুমঙাউ ঙাউহনখি, ঐ কনানো হায়বফাও কাউথোকখি, ঐসে নঙগা থেংনরমদবনা হেন্না ফরম্বনী। (নুঙাইতনা)

দিপক ঃ নঙ ঐবু হৌজিকফাও থাজদ্রীমাল্লে নঙনা থাজনবা ঐ করি তৌগে? শংসারসিদা লৈরিবা জীব পুন্নমক্লা নঙবু কাউথোক্লো হায়না অমত্তা ওইনা লাওরক্লবসু ঐগী থম্মোয়নদি তরাইনা কাউথোক্লরোই জেনী।

জেনী ঃ নঙনা ঐবু থম্মোয়শেংনা নুংশি হায়বসি ঐসু খংদবা নত্তে, অদুবু তুংদা ওইরক্কদবশিংদো খল্লুবদা ...।

দিপক : নঙ কান্নদবা ঝাখলনা নশাবু য়াম ঝাহল্লে করিগীনো নঙনা ঐবু পনখৈ লৈত্রবা ঈপাক্তা ইরাক্লহনগে খল্লিবা?

জেনী : দিপক ঐ ঝা অমত্তা হায়গে নঙ শাউগদ্রা... ?

দিপক : নঙোন্দা করম কান্দা শাউবা য়াওখ্রগেনে? করি ঝানো হাযযু শাউনিংগদবদি নত্তবা ...।

জেনী : চংখিবদা ঙায়রি অদুক থুনা থোরকইবা করিগীনো ...?

দিপক : নঙ উনিংমনখীদুনা থোরকইনী।

জেনী : অস ... ছুটিবু কয়াম কুইনা ফংইনো ....?

দিপক : হাপ্তা অমখক্তনী।

জেনী : দিপক, নঙনা ঐগীদমক্তা খন্বীবা, নুংশিবীবা ঐগী লাইবক য়াম ফবনী অদুবু হাপ্তা অমখক্তগী ছুটি থোরক্তুনা অরেম্বদা মতম অমদি পৈশা তিংহনবসে ঐদি কান্নদব্রা হায়না খল্লী।

দিপক : উং হোয় নঙনা পামদ্রমিনা মথংদদি ঐ থোরকঅরোই...।

জেনী : শাউরিরো ...?

দিপক : ঐ ষ্টডি লোয়গদবা চহি অনিমখায় মুক্তা ঙাইরম্মনী হেক লোইদ্রিফাও থোরকঅরোয়।

জেনী : নঙবু শাউরোয় হাইদাইনে?

দিপক : সিবুশাউব্রনে?

জেনী : খঙগে...।

দিপক : কীন্না থোক হেক ...।

জেনী : অয়ো ...।

... মিউজিক ...

## ভরেৎভবা মতাং

মফম - বিনাশখীগী য়ুম, মতম - নুমীদাং

(বিনা ধুপ থাংমৈ থারী দিপক থবক অমা চৎকদবগী থোরকই)

বিনা : হৈমা, কদায়দনো নুংদাংসিদা অমুক চৎলিদুনা।

দিপক : থবক অমত্তা চৎলুগে তৌনী।

বিনা : ইচাগী থবকসি লৈগ্নবোয়দকো, হয়েং চৎলদবনীনা ঙসিদী চখোক্তবসু য়াবনী য়ুম মখাদা ঙহাক্তা লৈনিংদবসিবু করিনো।

দিপক : রিশীগী ববাদো খ্বাং নায় ডাক্তরদা অমুক্তা পুমিন্নরুসি হায়দনা ফোন তৌরকঅম্মী।

বিনা : হোয়নে অদুবুদি কৈসু কাইদেনে ইমা ইচা ৱারী অমা শাসি ঙন্তা হনজীল্লকউ।

দিপক : করি ৱারিনো মমানা শাসি হায়রিবো...?

বিনা : ঙরাংদো মমানা কুঠি য়েংঙুবনি।

দিপক : মমাগীরো?

বিনা : ঐগী কুঠিগী মরোল ওইরদি নঙোন্দা করিগী হায়রুনী নঙগীনি। পাঞ্জিনা নঙগী লুহোংবগী অফবা চহিসে নশাগী চহি কুনমঙা ফাওবগী মনুংদা হোংহৌবনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ হায় অদুনা ঐনা মথং চহিগী ফাইরেল লমতাসিদা হোংঙসিরা হায়দনা খল্বা।

দিপক : অস! হায়গে হায়জসনু পাঞ্জিগী ৱাবু ঐ থবক্কা তৌখিনী, কৈগীনো মমা লাইরিক তম্বফাও লোয়দ্রি লুহোংবৈ ৱা অমুক হৌদোকরকইসিনা?

বিনা : মমাগীদি ইচা অনিশুবসু নত্তে, নথন্তনী অফববু পামদবা মপা-মমা, লৈরমগদ্রনে ইমাই ইবুংঙো।

দিপক : লুহোংবসে ফাগী নত্তে মমা।

বিনা : ঐনা ঐখোয় ইমান্নবা অমগী মচানুপী অমা খরসু হায়না

শিংনবা হৌরবনি, নঙগীসু কনামফাও লৈতেদনা। নঙগী নুপীদি মমাংলোমদৈনা ইফ ফৈসু হায়।

দিপক : হায়নবিরুনুকো কান্নদে।

বিন : ঐনা অপাম্বা ইমৌ থীজবনী কৈনো।

দিপক : নুপীদুবু মমাগা লৈমীন্নদোয়রো (শাউনা) ঐগী খংনবসু লৈজৈনা, হায়দোকপিখো মী মচাদো হায়জল্লুরগা ইচোপ চোপ্লনী।

বিনা : ঐনদি মীগী মমাংদা চাওথোকচদুনা ঐনা পোকপা ইচানবু ঐনা হায়বা ইন্দবা হৌনব্রা কাইনা হায়রুরগা।

দিপক : মমানা হায়রিসিবু করিনো ঐসু চাউরে অফ ফত্ত খঞ্জবা ঙম্মে।

বিনা : (নুঙায়তনা) হোয় নঙ চাউরে অদুবু মমাগী মীৎতদি অঙাং ওইনা অদুম উরি, নঙ হন্দক মরকসে ঐনা হায়বা ব্রাদা য়াম য়েৎলী।

দিপক : মমা ... ঐবু মমানা অঙাং ওইরিঙৈগী ব্রাখলদো অদুম খন লৈরদি য়াররোয়, ঐসু ইশাগী নীং তম্বদো খরদি পাম্মে।

বিনা : নীং তম্বা পামবদগী মচা কয়া অমা মাংনরিবা শিংসিদী।

দিপক : অদুমক্তী নত্তেদনা মমাগা পাবুংগগী নিংবা থুংহনগে খন্দনা লাইরিক কন্না তম্মী। মমাখোয়না খ্বাইদগী পাম্বসিবু লাইবিক লাইসু হৈবা অদুগা মতিক চাবা মী অমা ওইবসি নৎত্রনে।

বিনা : ঙায়খো ঙায়খো মমা ব্রা হংগে নঙগা খংনরিদুনা কদায়ব্রাইদগী কৈয়ুমনো?

দিপক : (খিত্তং হৈনদনা) নোংমৈবুংদগীনী, মমা মপাদি লৈখিদ্রে হায, য়ুম্নাক্লা ঙাংবমনী মমিংনা জেনী কৌই মমা, নোংমৈবুংগী পুঙ হেক মনীংদগীনী মবোক্লা য়োকপনী।

বিনা : মমাদি খুৎকন পাঙম্বা পাম্মী, ইচা নথম্ভনীনা।

দিপক : মমানা হায়রিদুবু কৈনো, মমা মপা লৈজদবা মচিন মনাও

য়াম পোক্তবদি ময়ুম পান্দা তারেনে, মমাগী ৱাখলগা ঐগা চান্নদে, ঐ থবক লৈ হায়রগা কদায়দেনো ৱারী মথোং মরম খংদবা ঙাক্তা। (চংখি)

বিনা ঃ নঙগুম্বনা লম হেন্না য়াপোৎ নত্তে, নোংমৈবুংগদীনি হায়বা ফনা ফরম্বোয় নীংই চাউরা চাউরগা ৱা অমত্তা ঙাংবা য়াদবসিবো করি মতৌনো, কদাইৱাইদগী লৌরকইবা লমচৎনোসিবো, ঐখোয়দি অহল লমন্না হায়বদা ইমীৎফাও হঙ্গৎনা পাংবা ঙমজরক্তে, পুংদুগী হেক মনিং অদুৱাইদা ওইরদি ইনে তকোনখোয়গী অদুৱাইদনিনে।

... মিউজিক ...

## *নিপালন্নবা মতাং*

মফম - জেনীগী য়ুম, মতম - নুমিদাংৱাইরম

(বিনাসখী নুপামচা অমগা লোয়নরগা জেনীগী য়ুমদা লাকই)

বিনা ঃ মীদি লৈ মাল্লী, থোং হাংইকো ইবুংঙো ...।

বুলু ঃ অং হাংঙী। (মপান্দগী কৌবা) চেচে ... চেজেনী।

জেনী ঃ কনানো। (ইমুংদগী)

বুলু ঃ ঐনে বুলুনে অমুক্তা থোকপীরকউ মী লাকএ ... চেজেনী উন্নবা।

জেনী ঃ ও...ও... বুলু নঙ ওইরে, করি হায়গে, চংঙকউ।

বিনা ঃ (মথন্তা লোন্না শোঞ্জবা) ওস্থোক্লা ফজম্রেদা অসিমকননি ইচানা ঙাউরিসিদী।

বুলু ঃ চেজেনী নেনেসে চেজেনীগা অমুক্তা উন্নীংঙী হায়দনা থীনবিরকপনী।

জেনী ঃ আ ... য়ানীয়ে হেক্তা কাখৎপিরকউ।

বিনা ঃ (খংই) হা ... ও ... (কাখৎলী)

জেনী ঃ বুলু নঙসু লাকও, ঙহাক্তং ফমসি।

বুলু ঃ ঐদি ফম্মরোই। টিউসন চৎতোইনী নেনে ঐ চৎলুখিগে।

বিনা ঃ ফরে ফরে চৎলো ... ইয়া লৈরমদনা থিবীরকইনিনে। (বুলু চংখী)

জেনী ঃ ফম্বীয়ু ইমা, ঐ চা লোঞ্জজরুগে।

বিনা ˉ য়ারে য়ারে ইমা চা থকঅরোই। ঐ ইবেম্মদা করিগুম্বা ৱাফম অমখক্তা তান্নগে'না লাকপনি।

জেনী য়ানীয়ে হেক্তা হায়বিয়ু ইমা, করি ... ?

বিনা ঐ দিপকরাজগী মমানী।

জেনী (শ্বায় লাওই) ও ... ও... ইমাইবেম্মা।

বিনা নঙ ইমাবু লান্নদি খনগনু ... ঐগী দিপকসে মথন্তগা পোকপনে ঐনসু খরা লুনা হেক তৌরুরে অদুনা মহাক খরা কেথোকই, মা ঙাংনবদা ওম্থোক্লা ৱাপ্ত্রে, ইচাগা ঐগী ইচা দিপক্কা য়াম লুনা তিন্নে'না মীনা হায়রকপদগী খংবনী, ইবেম্মা নঙ ইমাগী ইতেং অমত্তা পাংবিদবা য়াদে হায়দনা হায়জগে লাকপনি।

জেনী ঃ হোয় ইমাবেম্মা ... ঐ লক্ষমীগা ক্লাস অমত্তদা তম্মীন্নজবনী অদুদগী দদা দিপক্কা খংনজবনী করি মতেংনো ঐবু পাংঙু হায়বিরিবু?

বিনা ঃ সুমদৌবনী ইবেম্মা, ঐগী ইমান্নবী অমগী মচাগা ঐগী ইচাগা মখোয়না পীশক পীক্লিঙৈ নচা- ইচা পিনসী হায়নখিবা লৈবা মখোয়গীসু ঐখোয়গীসু লাইরিক লাইসু তম্বা লোয়দৌরে লুহোংনবা তৌরসি হৌদোক্লববু ইচানা য়াবা কৌবা লৈত্রে, মীগী মমাংদা চোপ্পদ্রা খম্বদা ইমা য়াম ৱারে অদুদা ইবেম্মনা হায়রগদি শোয়দনা য়ানী খন্দুনা ইমা লাকপনী।

জেনী ঃ (খিত্তং নোকই) হোয় ... ইমাইবেম্মা ইমাইবেম্মনা হায়বফাও য়াদ্রগা ঐনা হায়বা য়ানী হায়রদি ঐ শোয়দনা হায়জগে।

বিনা ঃ ওম্বোক্লা নুঙায়রেদা ইবেন্মা, তাঞ্জা চাবা মতমদা ইচাগী মতেং পাংবকানসু লাক্কনী ইমাগী ইতেংসে পাংবীদবা য়াদেকো ইবেন্মা।

জেনী ঃ মীওইবা ঐখোয়সিবো অমনা অমগী মতেং পাংনগদবা নৎত্রনে ইমাইবেন্মা। (নুঙায়বা শারগা)

বিনা ঃ অদুদি ইমা অমুক য়ৌরগেকো। (চৎখি)

জেনী ঃ ঐবু মঙলো ... তাইবংলো ...? মতম অমদা মঙখিবা মঙ ঙসিদি তাইবংদা ওইনা থোক্লরবা মসিরা পুন্সি হায়বদুবো ... মসিরা নুংশিবা (কপ্পী)

... মিউজিক ...

*মাপললবা মঙাং*

মঙগী শীল

(অথেংবা অহীং কৌজেং হারৌগী খোঞ্জেল হুইনা লাপ্পা কপ্পা খোংবগী মখোল তায়, দিপকী মঙদা জেনী লাকই থোঙদা কোক কোক, থিল্লকই, দিপক থোঙ হাংদোকরকই)

দিপক ঃ হে জেনী ... কদোমদগীনো ইথা থাজদনা, চংঙকউ, নঙবু ঐগী নাক্তা লাকইরো নথন্তরো? করি লৈগে? করিগীনো ব্রা অমত্তা ঙাংদনা তুমীন লেপ্পুনা লৈরিদুনা ঐবু শাউরিরো, নঙনা শাউরিদুগী মরম অমদি শোইদনা লৈরমগনী।

জেনী ঃ (কপ্পী) দিপক ... নঙদি লান্দে লাল্লীবদি ঐনী।

দিপক ঃ করিগী নঙনা লানদোয়বা... সে কপকনু নঙ য়াম ব্রাবা মাল্লী সেলপ ইয়োর কন্ট্রোল নৎত্রদি নঙ য়াম ব্রারনী, জেনী নঙনা কপ্পা, নঙনা ব্রাবা ঐ য়েংবা ঙমদে হায়রগা ...।

জেনী ঃ দিপক ঙসিদগী ঐগী ব্রাখল থাদোকপীয়ু ... ঐদি নঙগী ওইবদা মতিক চাদবীনি।

দিপক ঃ নঙনা হায়রিদুবু করিনো মতিক চাবা হায়বনা করিনো চাদবা হায়বনা করিনো... ঐগী ইফমদদি চপ মান্নে।

জেনী ঃ দিপক ঐ চৎলে, ঐগী ৱাখল থাদোকপীয়ু ঐগী ৱাখল থাদোকপীয়ু। (চৎখি)

দিপক ঃ জেনী, জেনী, অমুক্তা ঙাইখো ... ঐনা হায়রিসে অমুক্তা তাখো, জেনী, জেনী (দিপক মঙফাওনরকই শ্বর শাংনা হোন্দোক্লগা) অস ... মঙ ওইরে ... ঐদি ওম্থোক্লা ৱারুরেদা মহাক্নদী পরিক্ষা লোয়দ্রিফাও চিঠী ইরক্কনুসু হায়, অমুক ইরুবসু শাউরক্কদ্রা খংদে, করি অৱাবা তারজাৎনো?

... মিউজিক ...

### শরাপ্তবা মতাং

মফম - জেনীগী য়ুম, মতম - নুংথিল

(তারম্বা চিঠী অমা খুনগৎলগা)

জেনী ঃ কনাগী চিঠীনো সিদী ... ও... দিপক্কী করি অমুক হায়রকইজাৎনো (চিঠী পায়) (দিপক্কী খোঞ্জেল)
ঐগী নুংশিজরবী জেনী , নঙগী মিংসে অমুক্তা মপুং ফানা কৌদ্রি ঙসিদি কৌরগেকো জেনিতা, কুইরেকো ইবান্নী ঈ-পাউ অমত্তা ফাওনখিদবা, নঙনা পরিক্ষা লোয়দ্রিফাও চিঠী ইরক্কনু হায়বদুদা ঐসু ইখিদবনি অদুবু ঙসিদি ইনীংবনা হায়ফম খংদবা অমা ফাওরকই, মঙদসু নঙ উরম্মী, মঙদো য়াম নুঙায়তে অদুবু ঐনা মকু মঙ ওইরসনু হায়না খন্দোকএ, নহাল নোংমা নঙনা ফোন তৌরকপদা নঙগী খোল খংব্রা হংঙকপদো।

(জেনী মরক থৎনা ৱাহং) নঙনা হায়খি নঙগী খোনবু ঐনা খংদবা হৌনব্রনে

(অমুক চিঠী ) দিপক ঃ ঐ ফাইনেল পরিক্ষা কুইশিল্লক্রবনিনা লাইরিক্তা পাবসু ৱারে অদুনা চিঠীসে ইখিবনী, জেনী ঐ ৱা অমা হায়গেনে। (জেনী মরক থৎনা) করি ৱানো হায়য়ো। অমুক চিঠী ঃ ঐখোয ক্লাসকী ইমান্নবশিংনা নঙগী ফোটোদো য়েংঙী, মখোয়না হায়রিবা নঙসে মশক য়াম ফজে হায়বৈৱানী, জেনী নঙগা উন্নদনা মফমসিদা লৈবসে ঐ য়াম ৱায়, হন্দক খোরকপদদি

ইবান্নী পুন্না ...। ঐনা নঙগী য়াম ফজবা পোং অমা লৈরে পোংশক্তি তাকঅরোয়, ঙসিগীদি অশ্বায়দা সুম...।

নহাক্কী,
দিপকরাজ

জেনী ঃ (শোনজবা অশাংবা শ্বর অমা থাদরগা) নঙনা চিঠী তোয়না ইরকপা ঐ য়াম নুংঙায়, অদুবু নঙগী ষ্টডিদা অকায়বা ওইগদ্রা খনবদগী ইরক্কনু হায়বনি, তশেংনা নঙবু য়াম নুংশি (দিপক্কী মমানা হায়রম্বা ব্রা নীংশিংলকই নকোংদা তারকই - ঐগী ইমান্নবী অমগী মচাগা ঐগী ইচাগা মখোয়না পীশক পীক্লিঙে নচা- ইচা পিনসী হায়নখিবা লৈবা...) (নোরমেন অশাংবা শ্বর জেনী) নত্তে, নত্তে ঐগী ব্রাখল লাল্লে, হে নুংশিবা নঙতা ইনাক্তগী লাপ্পা চৎখ্রোবা। (কোক ঙাউরকই) ইস! ঐগী কোকসে হো ... বোবোক .. হো বোবেক ... ঐ কোক য়াম ঙাউরে। (মবোক ফীংনা চেম্ব্রোরকই)

ইবেতোম্বী ঃ হা... করি হায়বা ইসু কৈদৌরে হায়বা। (পাখৎনা)

জেনী ঃ বোবোক ঐ...গী ... কোকসে।

ইবেতোম্বী ঃ সে... সে... অমুক্তা হিপথৌসে কৈসু তৌরোয় ঙরাং নহাল নথৌগী উসোপকী খরা ব্রাখিদুনা তৌরিনী, বোবোক লব্রাইদা ঈশিং খরা হাপ্লক্কেসে বোবোক্কী থোইবী ইসু নাবা য়াপোৎনত্তে। নঙ তামো উমানন্দ কৌরুসিরো?

জেনী ঃ বোবোক য়ারনী ঐ খরা ফরে ... কৌদসু য়ারনী। বোবোক ঐখোয় পপাগা মমাগদো য়াম ফত্তে।

ইবেতোম্বী ঃ করিগী? মখোয়দী য়াম ফৈ, মখোয়দী ফমন্দুনা ঈশ্বরনা ঙস্তানা লৌশিনখ্রিবনি,

জেনী ঃ বোবোক ইবান্নীবু নেনেগী মনাক্তা লৈরুরনী হায়বদুবু কৈদৌঙে চৎসি হায়রিনো খরা থুনা চৎলসিবা।

ইবেতোম্বী ঃ ঐসু খল্লম্মীনী নথৌ লৈরিঙৈদদি খরা হায়না মফরম্মী হৌজিক্তি য়ুমসিদা ইসু ইবেন্তা লৈবসে ঐসু পামদ্রবনী, নঙসু নোংমা

নোংমগী মপুংমরে ফাজিল্লকইদো, মতমনগা ফত্তবনে, ঐনগা পাঙ্গল য়াওশিল্লক্তবনে ইবান্নীতা লৈবসে খরা ঝাদৌরে নওগী মফম চাবা অমা খংদ্রিফাউ ননেগী মনাক্তা লৈরুবনা ফরনী খল্লবনী নওগী লাইরিক মখা তমথনবসু ননেনা শিল্লনী হায়বনি। (উমানন্দ চংওকপা উই) নও তামো উমানন্দ লাকএ মা লৈরমদ্রদি ওম্ভোক্লা ঝাথ্রদৌপোৎনী ইবুংঙো চংওকউ লাও, নও কৌরুসিরা'না নচলদা হায়রম্মীনি।

উমানন্দ ঃ থোইবী কৈদৌরে?

ইবেতোম্বী ঃ মকোক ঙাউই'না পোথাহল্লম্মীবা।

উমানন্দ ঃ নওনা মরোল অমা পংখন্দা খনজিল্লী। করিমতা খল্লুনু হায়রেদনা।

জেনী ঃ করিমতা খন্দেদা?

ইবেতোম্বী ঃ ও ... ইমুংগী কুপনোমনে, পরিক্ষাগী লাইরিক কন্না পারুবগা মপা মপা হায়দুনি, ইবুংঙো থবকসু ওম্ভোক্লা উশিনখ্রে, ঙহাক্তা পোথাদে থি থিদুনা পংতৌদা তৌই। ইবুংঙো, নও নচলগা ঙৈহাক্তা লৈমীন্নরম্মু ঐ য়েঙ্গাং নাপী খরা লৈরুগে অদুগনে পাঞ্জীদসু অমুক্তা চৎলুগে, নচেম্মনা কন্না হেক্তা য়াদ্রে ইবান্নীদা য়মুসিদা লৈবসে, নচলসু মরাইবক ফদনা পরিক্ষাদো য়াওজরকঅদি আদা তমহল্লনী হায়, ঐ চৎলুখিগেকো। ইমাচৌবী থুনা হল্লক্কে, নও নচলগা ঙহাক্তা লৈমীন্নরম্মু। (চৎখী)

উমানন্দ ঃ য়াইয়ে ইমাচৌবী (নুঙায়তনা) থোইবী।

জেনী ঃ করি হায়গে তামো?

উমানন্দ ঃ নখোয় চৎখ্রনী খল্লুবদা খংহৌদনা নুংঙায়তবা অমা পোকই

জেনী ঃ কৈসু কুইনা লৈরোয়দা, ঐনা এম. এ. লোয়বফাওদনী, অ মরক মরক্তা লাকতোইসিদী বোবোক্লা, তামোগা ননাওগ য়ুম শংওম্মু হায়নীসু হায়বনী।

উমানন্দ ঃ য়াইনা শংওম্মগা লোয়রে।

থোইবী ঃ (ইকাইনা) ঐ ব্রা অমখক্তা হংগেনে?

জেনী ঃ করি ব্রানো অমত্তা নৎত্রসু ভারী অমা হংঙুনা।

উমানন্দ ঃ আ ... নঙগী নমান্নবী ... আ ... রিতুদো মখোয় য়ুম্নাকপু করিনো?

জেনী ঃ (খিত্তং নোকই) নিংথৌজম ... কৈগীনো তামোনা রিতুখোয় য়ুম্নাক হংইবু?

উমানন্দ ঃ হং কৈসু তৌদেদা ... সুম হংবনী।

জেনী ঃ ঐসু খঙই, তামোনা রিতুখোয় য়ুম্নাক নহালনা হংনিংঙম্মনি হায়বা অদুদা ...।

উমানন্দ ঃ অদুদা কৈদৌরবা?

জেনী ঃ তামোনা শাউরক্কদ্রা'না হায়দবা রিতুনসু তামোগী য়ুম্নাক হংই।

উমানন্দ ঃ মসি অঙাংসি ফুরক্তনা । (অনিমক নোকই)

... মিউজিক ...

## *তরামাথোইশুবা মতাং*

মফম - জেনী য়ুম, মতম - নুংথিল

(জেনী অমদি রিতু ব্রারী শারি)

জেনী ঃ ঐদিনে রিতু লাংফাং তৌবা পামদে হায়রিসিনী।

রিতু ঃ নঙনা হায়রিদুবু ঐবু মীৎ য়াম্না য়াম্বা ওইনা খনবৈব্রারো?

জেনী ঃ অদুই ব্রাবুদি নত্তবা।

রিতু ঃ নঙনা চৎতৌরিসি য়াম্নদি থুমল্লী ঐদি চাক চরা অমত্তসু চামীন্ননিংবনি।

জেনী ঃ বোবোকনা পাঙ্জীদা হংঙুবদা হংচিৎসিনা খ্বাইদগী ফৈ হায়রকই, নেনেদসু পাউ পীখ্রবনি এয়র পোর্টতা ঙায়রম্নবা ...। হয়েং হেক্তা চাসি কৈদৌগে?

রিতু : ফরেনে হয়েং চারসি।

জেনী : ইতোমতা নত্তে, তামো ইবান্নী লাক্কে য়াবা নৎত্রো?

রিতু : হায়বা ঙমদবৈ ব্রানী অদুদি য়াম ফৈনা। (পুলপ নোকই) জেনী, নঙনা ঙসায় হায়বদুনা অশেংবা ওইরদি, মখোয় মমাদুসু খরা হেনমন্দ্রো ?

জেনী : সংসারসিদা লৈরিবা করম্বা মমা মপানবু অফববু পামদবা লৈরমখিদ্রনে? (কপ্পী) পুম্নমক ঐনা লানবা ঙাক্তনি।

রিতু : নঙ নিংশিং নিংশিং সুম কপ্পদি য়াম ব্রারনী কপ্পনু তোকও ... মাসু নুপীনি নুপীগী অব্রাবা অমত্তা খংদ্রীদুবু করিগীনো হায়বা? নঙসু খরা পাংমন্দ্রবা হায়দুনি। মমাগরা নৎত্রগা মচানুপাদুগরা লৈমীন্নদোয়দুবো?

জেনী : পুক্সিসিদা নুঙায়য়ু তমলকত্রবী ঐনি ঐনা মরম ওইদুনা মীগী থম্মোয় কাইনবা শিনবা ঐ পামদ্রে রিতু ঐ পামদ্রে। নুংশিবা মশক খংদনা লৈজরম্বী ঐহাকপু মহাক্কী নুংশিগী থৌরিনা কন্না পুনশিনবিরম্মে, ইতিক ইপা চায়, চাদেসু খংদনা মহাকপু ঐনা নুংশিরুরিবা করিগীনো? (কপ্পী)

রিতু : জেনী ... নঙনা খল্লিদুবু করিনো? নুংশিবদবু মদু লৈব্রনে?

জেনী : পুম্নমক খল্লবা তুংদা লেপখ্রবনী মহাক্কী মফমদগী লাপথোকঅগে হায়না মহাক্কী পরিক্ষা থা ৪/৫ খত্তা ঙায়রবনি, হেক লোয়বগা মা থোরক্কনী অদুগা রিতু মানা ঐবু শোয়দনা থিরক্কনি, নঙ ঐগী অশেংবা লৈফমদংদি মাগী মফমদা হায়দোকপীগনু করিগুমবা মানা ঐগী ইনাক্তা লাক্লবদি ঐসু পুম্নমক কাউথোকখিবা য়ায়, মদু না দিপক্কী ইমানা পুক্সিচুপ্পা ব্রানা লেনগদবদো খল্লুবদা ঐ কিজৈ রিতু ।

রিতু : অরেম্বদা নঙনা পংখনতা খনজল্লী।

জেনী : কাইনবতনা ইশরুক ওইরবা ঐগী পুক্সিনী মা খত্তুং কাইনরমদ্রবদি পোকপৈ মহে য়াল্লে খল্লমগদবনি অদুবু রিতু (কপ্পী) কনামতগী মফমদা য়েৎলরোয়। সে, চিঠীসিমতং মা

লাকঅগা নঙনা খরা পীবিয়ু। রিতু নঙদি মপোক ফবিনী, ঐগুম্না কাইনবগী মৈশাসে লাংদবা ওইয়ুকো।

রিতু : জেনী ঙসিদী নঙগী ব্বাসে তাবতা ঐ য়াম নুংঙাইতে, ঐ করি হায়না হায়দোয়নো খংদ্রে, ফরে নঙ হয়েং শোয়দনা লাকউকো।

... মিউজিক ...

## ভরানিথোইন্নবা মঙাং

মফম - বিনাগী য়ুম

মতম - অয়ুক

(ইবোহলগী য়ুম বিনাসখী চা কপ অমা পুরগা য়াম নুংঙায়তনা চংঙকই, ইবোহল খবর পারি রিশীসু লাকই)

ইবোহল : খবরনেনা তৌরিসিনা মরোল অমা নোংমগী মীসী মীনা হাৎনা শুনবা, বন্দ, ব্লোকেত, লম্বীদি চাওথোক্তে গাড়ীদি নোংম নোংমগী মশিং অসুম হেনগৎল্লকই, মসিদদি এক্সিডেন্ট মরাং কায়বা তাবা, গাড়ী থৌরিবা, ইবুংঙো ইবেম্মশিংসিসু ঐনা হালহৌরগে ঙাক্তা ...। (মথন্তা ঙাংই)

বিনা : মহোয় পাবুং চা লৈজরে। কৈনো পংঙাংদা ঙাংইদুবু কনামফাওনা তাবিরোইদৌদুদা।

ইবোহল : (য়েংখৎলকই) তাবীদসনু য়ারে য়ারে, নঙগী চাদি, কৈদৌরে নশা ঙমদ্রবা নমাইদো ইমক মকশিল্লিদুনা, নচা নুপাদী শঙ্গোম থকহৌরব্রো?

বিনা : থকহৌদে, মহোয় পাবুং ঐ য়াম নিংঙমক্তে। নুপীমচাদো ইং তপ্পদনা, ব্যবহারনা ফজরিবা খল্লু খল্লুরগা ঐ য়াম নুংঙায়রক্তে।

ইবোহল : নখোয় নুপীশিংসিগী ব্বাখলসিসু অঙকপনি। অহৌবদদি ঐখোয়বু তাহন্নীংদবা, ফল্লত্তুকান্দদি য়াওদা য়াদবা।

বিনা : (কপ্পী) ঐসু ইমান্নবীদুগা নচা ইচা পিনসি হায়নখিবদুদা।

ইবোহল ঃ নঙনা নুপীমচাদুগী মনাক্তা চৎত্রিঙৈদা ঐগা খিত্তং তান্নরম্মদি সি থোক্কদ্রা? নচাগী মোতসু হংদোক্কনি, নচানুপাসে অঙাং নৎত্রে। মশাগী ৱাখল খন্থবা ঙমজরবনি। মমা মপা ঐখোয়সু মখোয়গী অনিংবা অপান্নসু খরা হংবিফম থোক্কনে মমা ?

বিনা ঃ ঐদি মাবু অঙাং ওইনা উরুই ঐনা হায়রগা য়ানি হায়নসু খল্লুই, মাগী ফিভমনা সি য়ৌরক্কনি হায়বসু থাজরুদে।

ইবোহল ঃ ফরেনে নচানুপাসে চাও থকউ হায়বফাও ইনথী নুংঙায়না য়াদ্রে, ইবেম্মা নশানা থাকচবা লাংদা নশানা থুজবনিকো। থেম্মু থেম্মু নঙ মমা নৎত্রো ? চাদে হায়দনা সুম লৈবা য়াবা নত্তে, ঐ ডাক্তর অমা কৌরুগে।

বিনা ঃ ফগদ্রা হায়দনা তৌরুবনি, ইচা মথন্তনী মচিন মনাও খরা য়াম্বা খুৎকন পাঙ্গলবা হায়দনা তৌরুবগী ৱানি।

ইবোহল ঃ এহ্! মথন্তা পোকপা মমা মপা লৈজদবা কাংবুসিদি কমদৌতারবা, নত্তে হৌজিকপু কদ্দুয়দগী খুৎকন পাঙ্গলবনো? নুপী মচাদুগী মরী মখোং মুন্না থিয়ু। নচাগী অৱাবা মতৌসে য়েংন্নিংদ্রদি। (ইবোহল চৎখি, রিশী চংঙকই) রিশী পাবুং কদোমদা ?

ইবোহল ঃ ও... ইবুংঙো চংঙু চংঙু ইপা ডাক্তর অমত্তা কৌরুগে।

রিশী ঃ মমা দিপকপু?

বিনা ঃ (হরাউনা) হৈমা ইবুংঙো ইচা লাকইৱ্রা? চংঙকউ চংঙকউ, মাই কাদা লৈবনী। নঙননে অমুক্তা থেম্মম্মু ইচা লাকপা ফরেদা। মমা নখোয়গী শঙ্গোম শেম্মক্কে। (রিশী চংখি)

রিশী ঃ ফনি মমা।

দিপক ঃ (ফোটো অমা য়েংঙগা থম্মোয় শেক্লা) জেনী নঙ ঐ হল্লকপা ফাওবদংদি ঙাইরম্না য়াইদ্দনা। নঙনা তৌরিসে ঐ য়াম পেন্দে ... জেনী ... ঐ য়াম পেনদে।

রিশী ঃ এহ্! দিপক করিগীনো হৌজিকফাও হৌগৎত্রিদী করি ৱাখল খল্লিনো নতোমতা ?

দিপক : হ্যা! করি হায়বা ... (তপ্না) ও... রিশী লাও চংঙকউ ফম্মু, করিমতা খন্দেদা সুম হিপ্লম্বনী।

রিশী : কৈদৌঙে থোরক্কে ... ঐখোয়দগা লাক্তুদি কৈদৌরবা।

দিপক : খংদে ভায়, ইশাসে ইহে হৈনিংদে হায় তারে।

রিশী : কৈনো হায়রিসিবো কুমারনা হায়রকপদদি নখোয় কলেজগী নঙনা ফর্স্ট তারে'না খবরদা ফোটোগা লোয় হাপখ্রে হায়, ঐ কুমারগা ঙরাং নুমীদাংবাইরম থেংনৈ।

দিপক : হোয়, অদুবু ঐদি নুংঙাইফমগা অমত্তা খংদ্রেদা।

রিশী : কৈনো হায়রিসিবু নঙবু ঙাউদোরব্রো? এহ্! কনাগী ফোটোনো অদুনা?

দিপক : কনা মাল্লী?

রিশী : জেনীগী ফোটোনিনে।

দিপক : ভায় মহাক্কীদমক্তা ঐনা কন্না হোৎনজখিবনী মহক্না ঐবু অফবা মী অমা ওইহন্নীংখি অদুবু ভায় ঙসিদি মানা ঐবু অরুম্বা পোৎলুম অমনা ননবিরম্মগা মফম খংদনা চৎখ্রে। (নুংঙায়তনা)

রিশী : মাবু অতোপ্পা অমদা ...?

দিপক : নত্তে, মানা ঐবু ব্বারৌখ্রে ভায় পুম্নমক ঐগী মমানা থোকহনবা ঙাক্তনি, উপায় লৈজদ্রবী মীমান্নদ্রবী মহাক্না, মহাক্কী অশোনবী মবোক পুরগা মফম খঙদনা চৎখ্রে।

রিশী : মাগী মমান্নবী রিতুদা জেনীনা নঙ লকপা মতমদা পীবীয়ু হায়দনা চিঠী অমা পীরম্মী'না ঐঙোন্দা পীরকই সে পাউ। (চিঠী পী দিপক চিঠী পায়)

*(জেনীগী খোঞ্জেল)*

*ঐগী নুংশিজরবা দিপক,*

*নহাক্কী নফমদা চিঠীসিমতং ইজরি লোয়বফাওবদংদি পাবীয়ুকো, নীংশিংলিব্রা? নুমিত্তো ইবান্নীনা ইহান হান্না থেংনখিবা নুমিৎ ... লমতাগী*

*পূর্ণিমা ... য়াওশং হোৌবা নুমিৎ, চোংমিন্নখীবা থাবলদো পুন্সিগী অহানবনী, আরোইবসু ওইখ্রসনু (কপ্পী) ইচম চম্না কনাগী মীরা মৈশা অমত্তা তাদনা লৈজরম্বী ঐহাকপু নহাক্কী রাখলদা তুম্বা চাবা খঙদনা কয়াদা রাখিবা, দিপক নঙসু অমুক্তা খুম্মুনে পুন্সিসে নুংশিদ্রা, ঙসিসি ঐ হায়ফম খংদনা রারে পুন্সিসিদা সিমুক রাবা অমমুক থেংননী হায়বা থাজদ্রে, খনজখিবনী নহাক্না হিংমীন্নজাগে, লৈমীন্নজাগে হায়না, নহাক্না থেংনরুবা নুমিৎতুদগী তাউথখি নহাক্কী নুংশি ঈচেলদা কাউশিংগুম ঙাউজখি ঐনা নহাক্কী নুংশিবা নাতোদা, খনজখিবনী নহাক্কী ঙকশমদা নত্তনা আতোপ্পা কনাগী মফমদা হুক্লরোই কুন্দা পারং অদুবু খনখিবা পুন্নমক আরেম্বা তারে মসিবু ঐগী ইরাল ওইরদ্রবে? খংহৌদবা মীকুপ অমনা চেঙ্খী ঐবু ঈপাক অদুগী রাংমদা। দিপক ঐ করি হায়না হায়গদবনো খংদ্রে, নহাক্কী নফমদা লাল্লে হায়বসি নত্তনা, পীশক পীক্লিঙদগী নাউয়োক নাউকোন্বীরক্লিবী ঐগী বোবোক ঐগীদি পুন্নমক্কী, মমা মপানা হায়বা ইন্বা হায়বসিবু মচা ওইবশিংগী তোদা য়াদ্রবা মথো নৎত্রবে? ঐখোয়গা অদুম থাক মান্নবা শকখংদবা অমগা ঐগীদমক্তা বোবোক্না হায়না শিংনবা লোয়াখ্রে। (কপ্পী) বোবোক্কী মাইয়োক্তা ঐনা করি তোবা ঙমগনি পুন্নমক আরেম্বা ঙাক্তনি। অমারোমদা নহাকসু ইমা পাবুংগী অমত্তা পোকচবা মচানী, মাখোয়গী তুংগী আশাসু নাঙান্দনী, আরেম্বদা নুংশিবা অমগীদমক পুন্সিবু মাংহনাগে হায়নদি খন্বীগনুকো। মসিমদি থাজবিয়ু ঐগী নুংশিবদি অশেংবা নুংশিবনি, ঐগী থম্মোয়নদি নঙবু পুন্সি চুপ্পগী কাউবা ঙমগনী হায়বসিমদি থাজদ্রে। ঐ ঙসিদি য়াম ইমোশনেল ওইরে মীৎকী পীসিসু তারক্লনু হায়বসু য়াদ্রে। দিপক "শিঙ্খিনী পীরাং" মাপোকসিমগী, নহাকপু নীংশিংলকপা মীকুপ্তা। ঐগী চিঠীসে য়াম শাংমনখ্রমাল্লে অদুবু ইনীংবদি চেনা লিশীং লিশীং ইরবসু আরোইবা নাত্তে। দিপক ইবান্নীগী হৌরকফম নুংশিরবা মফমসে থাদোক্তুনা ঐ চৎলে। নহাক হল্লকপফাওবদংদি ঙাইজনীংখিবনি অদুবু ...। মদুগীদমক্তা ঐবু ঙাকপীয়ু লোয়রাগেকো। (কপ্পী)*

*নহাক্কী*
*জেনীতা*

দিপক : জেনী করিগীনো নঙনা ঐবু অদুক লান্না লৌরিবা নঙ য়াওদ্রবা ঐহাক্কী পুন্সি মরুভুমীদা হৌবা উপালনী হায়বা নহাক কাউরব্রা

নওনা ঐগী থবাইনী নওনা ঐগী পুন্সিনী। হন্দক্কী মপোক অসিমদি জেনী য়াওদ্রবা দিপক্কী পুন্সি অকংবা উপাল ওইনা লেপফৌরসনু লৈকংলাগী লমদমদা, ঙসি ঐগী মীৎলুদগী শিন্থুরিবা পিরাং অসে লোনথোক্তবা থম্মোয়গী অচম্বা পীরাংনি খনগনুকো জেনী, জেনী, জেনী ...। (মপান্দা থোকখি)

বিশী ঃ দিপক, দিপক ...।

... অবোইবা মিউজিক ...



